ঙ্গাং চাউরবা মৈতৈ পামেল
মনা মশা পুঙলবা, মতোন্দা,
শাৎলম্বা লৈরাং তোমথিল ওইনা;
খঙহৌদনা কেনখিবা কল্লকই।
লৈরাং মানা কেনগে কেন্দেদো,
মতমগী মুংশিৎনা হুন্দগী কেনবনি;
তপ্পা হুম্বা মালংবস্থ কৈদৌদে,
লৈরাংনা লৈমল চনবগী তৌবনি।
মতমগী কল্লবা মুংশিংকী শাফুদা,
মনা মশা তেকথ্রবস্থ পাম্বী'দু,
য়েঙ্গিং হুনবা মতম ওইরকপদা,
মথক্ত চোংখৎলক্কনি, লৈপাক্লেগুম তোমথিল।
লৈমল চনথ্রবস্থ, মতম অমদা,
লৈরাংগী মুংশিবা লৈনমগা লোয়ননা,
শাল্লক্কনি মালেম 'থক্তা মপুঙ ফানা;
ইনৌ নৌনা বসন্তগী অয়ুক্তা।

# কথোকচরা

'জাতি পরেং' কৌবী লাইরিক মচা অসি ঐবু পোকপী লৈথিদ্রবী ইমা ৺থাবল দেবীগী খুয়াথাদা কথোকচরে। মপোক কত্রবা ঐগী পুন্সিদা ইমাবু নিংশিংনবগীদমক্তা, পুংফাইনা কুপ্পবা মোংফমথক্তা নিংশিং ফুরা শাজবা ওমখিদে। লায়রজবী ইমানা নচাশিংবু য়োকপদা তাইবং লানথেংনবদা অকিবা লৈতনা হুপীগী থৌদাং য়াথ্রবী, ইমা! রারোবিগন্নুকো নচাগী 'জাতি পরেং' কৌবী লৈরাং অসিবু হেক্লগা লাইবক থিহৌরবা নচানা খুজোক থম্না পায়হনা ইমাগী খুয়া থাহুদা মিংকৌ পিগা লোয়ননা অরেপ্পা লৈতনা চেল্লিবা, মতমগী ঈচেল মনুংদা মাতৃ তর্পন কচ্চবা লৌশীন-বিয়ুকো ইমা! মহাভারত মহাকাব্যগী মনুংদা পঞ্চ-পাণ্ডবপু পোকচবী মমা ইবেম্মা কুন্তিগী মফমদা মহাবীর অন্তরজামিক অর্জ্জুন্না লৈরাং কত্তুনা, লাইবককথিরবী মমাগী লমল শিংবগুম, ইমা! নহাক্কী নফমদা লৈরাং থরদং কচ্চবা লৎনবা লৈতনা লৌশিনবিয়ুক্রো তোল্লবা নচাগী তর্পন।

শ্রীখুমন্থেম গৌরো সিংহ।

# বাহৌদোক

'জাতি পরেং' কৌবী লৈরাংসি মৈতৈ জাতিনা খঙহৌদনা মরায় চায়থরকপগা লোয়ননা জাতি অসিগী হুংশিরবা ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যগী লৃরবা লম্বী অসি থিংজিনখিদোবগুম উবদা পাঙল থোকপা ওমজত্রবা ঐহাক্না, মরোল থোক্কবা মীনা পংলাও লাউবগুম্না জাতি অসিগী মফমদা চুম্না নিংশিংজবতনী। মরোল থোক্লবা অসিগী মপূক্কিগী নিঙলিবা রাখলশিং অসি জাতি অসিবু হুংশিফম থোক্কপা মৈতৈ মচাশিংনা ইঙ্গিৎনবু ওইরবস্তু খরদং খঙবিননবা হোৎনবিরবদি মরোন থোক্কবা অসিগী মতেঙ পাংবিবদা তৌবিমলগী মহৈ য়ানগনি খনজে। লানফমদা মায়থীরবা লাম্মীনা পুমচাই চাইখিত্না য়েক্লবগী মথুক্তা মপুন্সি রানা লেনখিবা তাবদগী অমুক হন্না খিজিন্দুনা খোমজিনবগুম মৈতৈগী শেংলবা ইজাতিবু অতোপ অতোপ্পা জাতিগী মরক্তা চয়েৎনত্নুনা মাঙখিদনবা তোল্লবা ঐহাক্কী রাখলনা সাহিত্যগী থোঙদা মপৃং ফাত্রবা লোনগী ইঙ্গিৎ খরনা ইজাতিগী সমাজ অসিগীদমক্তা পুন্সি চুম্না নিংশিঙত্নুনতা লৈজগনি। হুংশিজরবা শেংলবা মৈতৈ ইজাতিগী মরমদা পুক্কিং হুংশিনা ইজবা অমসুং লাইরিক ইবগী নিয়ম য়াওই য়াওদে থিবিদনা লৌশিনবীরবদি মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী সেবা দলগী মফমদা মপোকসিমগী লমন তোন্দুনতা লৈজগনি অমসুং ঐগী নোমজমনগী মহৈ খরদং য়ানগনি নিংজে।

—অইবা

# জাতি পরেং

++++++

অহানবা পন্দুপ

## রাখলগী নোংলৈ

কুমগী নোংনা নোংখোং ফূইনা হৌবকপগুম, মতমগী হৌরকপা রাখলগী ঈহুঙ্গ মখল অমনা মায়কৈ পূম্নমক মমশিল্লক্লি। থাঙবদা রারবা বল্লবা নোংলৈ হুংশিংনা রাখল পুম্নমক মাঙহাল্ল। নোংথাংগী মতৌগুম্না মিকুপ অমগী মন্নুংদা মীওইবগী পুক্লিংদা অচুম অরানগী লম্বী তাকপগুম তৌবি। অমগা অমগা লৌশিং পাঙ্গল পুথোক্লহুনা মচি মচি থুদিংদা থেঙ্গাইনহুনা থোক্লকপা খোঞ্জেলনা বল্লগী মতৌগুম্না খাকথরি। নোংজু থাগী মতমদা থাগী মঙালনা মরাঙ্গী চান্নথরকপা, গুরু মম্লবা অথেঙবা অহিঙদা লম্বী লম্মুক্লবগুম অমস্থুং শা কৈনচিংবনা থল্লবা মফমদা অহিঙ য়ারেকপগুম মীওইবা সমাজ কয়াগী মন্নুঙদা খুদোং থীববা কাঙবু কয়ানা রাখল থোক্লনা অকনবা যুগকী হিংচা য়াইতম্বশিংগী মরক্তা চেন চোংহুনা রানা খাঙহুনা হিংলি। মীওইবগী পুন্সিগী ঈচেলগা রাখলগী ঈচেলগা

অনি অসিনা ঈশিংগা থাউগা তিন্নবগুম অতোপ অতোপ্পা মকমদগী ঈহুল কন্না চেন্থরক্তুনা মতমগী কন্নবা ইথিল ইরৈগা লোয়ননা চেন্থরকপা ঈচেলগা অমতা ওইনা তিন্নখিহুনা মন্নবা সমাজগী ভমথে লৈত্রবা ঈপাক্তা তিন্নখ্রি। মৈতৈ ধর্ম্মগী মন্নুংদা লৈজরম্বা কজবা পূন্নমক লোইনা মাগুথ্রে অমসুং মৈতৈ সাহিত্যগী কজরবা মনা মশা পূংজবা জাতিগী পামেল মপাল মরা কাওবা ফুক্তুনা মাগুথ্রে। ঈশিং ঈচাওনা মীওইবা সমাজগী রানা শেমগৎলরবা লনথুম পূন্নমক মরু কংনা মাংহনখিবগুম হান্না অমদি এলহৌভৈদগী লৈজ্রক্রবা ইজাতিগী লুরবা ধর্ম্মগী পূকৈ মতমগী ঈচেলনা থুগাইহুনা মরু কংনা মাংহনখ্রি। লোইথী চীংশা মাপললা পম্বিংবা লম অমসুং চীংমীনা কোয়না পনগাকপা মনিপুর সনা লৈবাক ওইরমহুনসু হৌজিক্তি মপু পান্রবা, অকিবা শক্তম ওইরবা হিংচা য়াইতম্বনা থন্নবা লমদম অমা ওইহৌরে। চীংয়া তময়াগী কজরবা পূন্নক উকুল ওনখ্রে, লৌবুক লমহাংগী মাচ মচি থূদংদা কাওরেল শম্বী শন্নাউনচিংবা য়ুমশা থিবিক্না শরুপ শকপ শজিক চারম্বা মুমি-দাংবাইরমগী কজবা পূন্নমক, মুমিৎ য়ুংবা মতমদা মহৈ মহৈ পূক্সন্ন-হুনা ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লি, লমলক্কী শা কৈনা থন্নবা পাক চাউরবা অরাপ্পা অমসুং অনকপদা মনিং তৌনা লৌরাং শুরম্বা লৌমীশিংনা অকি অথগু লৈত্রবা পূমকোক কোক্লবা মতম'সিদা খুৎপু লিংহুনা লৌরাং শুবা লাক্লরি। নিং-তম্নবা চাওখৎপগী জগৎ অসিদা গুসিদি মুংশিরবা মণিপুরগী ইচিল ইনাও পূন্নমক য়েক্লবা উন্নব-গুন্না মহৈ মহৈ মিপাইনরি অমসুং অমগা অমগা মুংশিন্নদবগী চাং

অমা মিকুপ খুদিংগী হেক্তংলকপগুম তৌরি। কোরৌ' লোংমজোল থক্কা থোক্লিবা গ্রহশিংনা হুংবা খিবগা লোয়নদা ভনিক তনিক্লি। লৈচিল লোংফাইশিংস্ত হুংশা মপি চোন্দুনা মত্তং মত্তং ওইবা' তুবং তুবং পাইরি, মেণ্ডলবা থাগী খাবলস্তু পাখৎপগুদা লৈচিল মরক্তা লোৎখ্রে। হুমিদাংবাইরমগী মতমদা উনা অপুংবা খিচুমা অহিং য়ারেকচবা চেক্লাশিংনা মপুগী কোলোয়' শক্লস্থা মহৈ মহৈ কায়নদুনা মকম খণ্ডদনা পাইব্রে। চীংথোঙ চীংয়াদা পাং মপান্দা মনিং তৌনা শাৎচবা শীঙেল লৈরাংগী নীংখিজরবা পুম্নমক মপান মবা ফুকখিবগুম্না মকম পুম্নমক্তা উশিল্লকব্রে, পাংকী ঈশিংদা ঈরুত্রুর শায়জবা ভাগ্য থজোংনচিংবা চেক্লাশিংস্ত হুংশি হৈব্রগা শাদামবগী মারোক্তা থাঙ ২। ৩ঃ দ্রব্দুনা মনিং তৌনা চাক্তাখিব্রে। অথেঙবা অহিংগী মতমদা হুংশিরবা খোঞ্জেলনা মপুগী কোলোয় থাদুনা শোরোকী য়াঙবী থক্তা ঈশৈগী শৈহেক ফজনা শক্লস্থা খুনজাগী অহল লমনগী পুক্লিং তুজুংনরম্বা অতুগী মচুস্ত' ভাগশিন্নবগী খোন-জেন্না মায়কৈ পুম্নমক পূমনিল নিনখ্রে। সন্ধ্যা আরতিগী খোনজেন্না মপু নীংবগী খুদম তাক্লস্থা ফজরবা মতমগী খোনজেন্না অরোইবা' শৈশিল ওইররে। তপ্পা হুম্লকপা মালংবনা মৈতৈ সাহিত্যগী মন্দির অমস্তুং রাস মন্দোলগী অকোয়বদা চামোর থৌগল তৌরম্বা অচু' হৌজিক্তি অশাবা হুংশিংদনা মায়কৈ শীনবা থুংব্রে। মণিপুর সনা লৈবাকী মৈতৈ জাতিগী ইকাই খুম্নরম্বা সনা কোন্নুংগী মীংখিজরম্বা' মৈতৈ ধর্ম্মগী ৱাংনা লৈজরম্বা মনি মন্দির থাক্টনগী কোন্নুং অমনবা' গুম্না ষ্টরি, হৈকোল লৈকোলগী ফজরম্বা পুম্নমক য়েংশিনবিনবা'

অমসুং শেম্বীনবা লৈতবা মরম্না লম্মাং লৈকুৎ, কোংকুৎ ওইনা লৈহৌরে ; রাসমন্দোলগী অকোয়বদা লৈরিবা থাঙবাৎনা ভমথৈ ওইরিবা সনা কোম্বুংগী ফজবা পুম্নমক মতম কুইনা হুন্দোকপিরবা মপু পাত্রবা থায়নগী অমনবা থাঙবাৎ ওইহৌরে। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা মাগী খুৎশেমগী মঙ্গুংদা ফনা য়াম্না ফজহনস্ত্র মীওইবগী খুৎশেম্না থুগায়হনা মহৌশাগী অচিকপা লমদমগী ফজবা পুম্নমক মাংহনখিবগুম অমসুং খুৎশেমগী নিংথীজরবা পুম্নমক য়েংবিনবা অমসুং শেম্বীনবা লৈতবা মরম্না মাংশিল্লকপগুম খুৎশেমগী অমসুং মহৌশা অনিগী মরক্তা অমগা অমগা য়েংথিনবগী মওং মতৌ অসিগী চাং অসি নোংম নোংমগী অম্রম হেঙ্গৎলক্লি। ভারতকী নোংপোক থংবা কাচিন্দা য়াম্না চিক্না লৈজরম্বা চীংমী অমসুং তম্মীগী, অনিমক্কী মপান মরা চেৎনা লৈজরম্বা পুম্নমক অহু মতমগী কল্লবা ঈথিলনা থিজাইহনা মফম মরাং খণ্ড্রবা তমথীরবা লৈবাক অমা ওইবি। মতম অমদা মুংঙাইরম্বা, চম্নবা মীওইবা সমাজগী রাথলশিং অহু কল্রবশিংগী শৌনম্বা রাথলগী লমজিংদা নিংথীনা তম্বীরবা মন্ত্রশিং অসিনা হৌজিক্কী যুগকী মীওইবগী পুন্সিদা চংকদৌবা লম্বীগী অশেংবা পম্বুংকম মাসিনা অরোইবা ওইনা তাকপগুম উরি। "অশিবা মীগী হকচাংদা কনা য়াম্না ফিজেৎ লৈতেং তৌহনা ফজহনস্ত্র হেন্নহুম অকিবা শক্তম অমা ওইরকই।" হিংলিবা মী ওইহনস্ত্র ওম্ন-তৈনবা জ্ঞানি চৎপ্রবা অঙাওবা অঙাওবীশিংগী মনাক্তা কনাগু লৈনিংবা পোক্তে মী অহুগা রারী শানবগী করিগু কান্নবা লৈতে। "রাথল লৈত্রবা হিংসা পাম্বা জিবশিংনা মমাংদা লৈরিবা মখোয়গী অপাম্বা পোৎশক

অহৎবুতা মিহৌবদগী য়েক্লপ্পী লাংদা মথন মথক্তা হরাও হুরাওনা কনাগু ইনশিন্নুবা তাক্লুবা লৈতনা মনিং তৌনা চংশিন্নগুম তাই-বংপানবগী মনুংদা ফত্রবা মতমগী লাংদা কনাগু হৌনবা তৌদনা মথন মথক্তা হরাও হুরাওনা চংশিন্নবি; মতৌ অমুম তৌদুনা চাও-খৎলবা সমাজ অসিগী অনৌবা তাইবংপান অমা ওইরকই।" শাহিং তাবা ঈ, খক্পা হিংসা পাম্বা জিবশিংনা মতম পূম্নমক্তা হিংসাডা পাম্বা অহৎণুম্মা, ধর্ম্মনা য়াদবা চিঙ্গাক চারবদি মীওইবা অসিগু হিংসা তৌরক্লুনা লৌনম্বা শাজং অনৌবা অমা শেম্বদা করিগু লৈতনা থোকই। নিংথৌনা ভম্বীরনা য়ূমদা য়েকপা শা, উচেক ওইদুনমক থাদোক্লুনা থম্নদি মানা মানা থোকপা অমা তৌরকই মন্থ হায়গী মতৌগুম্মা অমুক নকশিন্নবা য়াননবা চোৎনশা হায়বসি তরাই তরাইবা খবক নত্তে। "মীওইবগী সমাজ অসিগু চিঙ্গাক অমসুং ধর্ম্মনা পুন্দুনা থম্বদগী মপান থোক্না থাদোকখিদুনা নিং-তম্বগী সংসারদা মানা মানা থোকপা তৌদুনা চৎপ্রবা হায়বসিনু মীওইবগী পুক্নিদা য়াম্না খুদোংথিরবা তাইবংপান অমা ওইরে।" মপান নাইদমা পাক চাউরবা মহা সমুদ্রগী মনুঙদা অচৌবা মুঙজাও অমসুং চৌং মান্নচিংবা লৈ হায়বা খণ্ডবদগী মমল য়াম্ন য়াম্নবা মীওইবগী লন থুম কয়া পুরবা চাউব চাউরবা জাহাজ কয়া, অহৎণুম্মা মকয় অহৎদা খেংগাইদুনা মিকুপ্তা মাংথীনগু।, অরু অখেল নাইরবা সমত্রগী মশক ওইরবা সমাজ অসিদা এৈখোয় মীওইবনা ধর্ম্ম অমসুং রাজনিতিনা অচৌবা জাহাজ অমা ওইদুনা মহুগী মথক্তা তোংদুনা তাইবংপানবা অসিগী করিগুম্বা পনথুংফম

অমা য়ৌননবা চৎকদবনি হায়বসি তরাই তরাইবা . থবক অমা নম্বে হায়বা থঙনা থঙনা মতমগী কল্পবা নোংলৈ হুংশিংনা হুন-জিল্লকপা মতুংদা চৎলুরবগী, লম্বাদা থেংজিন্দুনা, মমল, য়াম্না মীওইবগী পুন্সিগী মতম অমসুং ধর্ম্ম অমদি রাজনিতিগী লনশিং অসি, মফম মরাং থঙদনা মচেৎ-মচেৎ ওইনা মাঙবগুম উবিবা, অসিনি। "কবি কল্পনাগী রাখলগী রাংলবা পুক্নিং লৈকোলগী পামেলদা শাৎপা শীঃঙল লৈরাংগী ফজবা নাচোম. শেমগদোবগী শরুকপুদি অশেংবা মৈতৈ ধর্ম্মগী সাহিত্য লৈকোলদুদা . শাৎপা শীঙেল লৈরাংগী নাচোম, লৈচল চানা শেমদুনা তুংদা ঐৗরক্লিবা শাবী শানৌশিংগী 'জাতি পরেং' লেংশিন্নবা অসিনা ইরৈবাক্কী অমদি ইজাতিগী নৌরবা সাহিত্যগী অপাম্বা মচাক্তি মসিতনি।" চহি লিশিং কোটি কয়াগী মমাঙদা লৈরম্বা ফাওর ফাওরবা লাইগী মশক ওইরবা মীওইবগী পুন্সিগী রারি অমসুং অফাওবা কবিশিংগী পাউতাক রারিনচিংবা পুম্নমক মত্র ওইনা শিজিন্নরি অমসুং মীওইবা জাতিনা মতম'দুগী ফিদম্নিংঙাই ওইরবা ধর্ম্মনচিংবা শাজৎ; লিচৎশিং'দু লৌশিন্দুনা পৃথিবিদা চৎনম্বিবা হৌজিক্কী সমাজগী থাকসি য়ৌরকই মতম কুইনগী তুংদা। পাউতাক রা-রিনচিংবা ধর্ম্ম অমসুং চিঙ্গারুচিংবা মখল মখলগী থিজ্জাহ্নিক ওইবা সাহিত্য অনসুং উপন্যাস পুরাম্নচিংবদা ইরম্বা অদুনা লমজিং .ওই-রকই অদুগা লোয়নন্না মীওইবনা পাম্নচিংবদগী নাম্বোকপা ওমদুনা. সুংঙাইবা মপোক অমা ওইদুনা, সমাজগী মমল য়াম্নবা-মচাক অমা ওইরকই। ধর্ম্মনা য়াদবা থবক তৌরবদি ঈশ্বরনসু য়াদে হায়বা

খঙনা খুভনা অয়ানবা থবক তৌহনা হৌজিক্কী মুংঙাইবা পাম্ভনা মীওইবনা পুক্নি লেন্নবদি ঈশ্বর লৈত্রবা য়ারবা সমাজ অম ওহরে। "সংসারগী মশক ওইরবা মীওইবগী পুক্নিং য়াথলদা তৌগদৌবা থবক্তি ইশাবু ইশানা চুমথোকচবা অমসুং ধর্ম্ম হায়বহু করিনো হায়না খিবা অমসুং থনবা অসিতনী।" য়াথলশিং অসি থনবা ঙমজবা মতমদদি লাইগী মশক ওইরবা মপা মমা অমসুং ওজা গুরুনা অতৈ অতৈ হিরমশিংদা য়াম্না কন্না নৈনহনা নৌনা হৌরক্লিবা অঙাংশিংবু থম্মীগদৌবা ওই।

---

অনিশুবা পন্দুপ

## পরেং লেংশি কদায়নো

মপুগী খুৎশেমগী মনুংদা মপুং মরৈ ফানা নিংথিনা শাৎলবী শীঙেল লৈরাং কয়ানা ফনা য়াম্না ফজহনশু ধর্ম্ম অমসুং চৎনবীগী মনুংদা পরেং লেংই য়াওত্রবী, মপুগী খুৎসেম্না শেম্লকপা অহুগুম্নবা শীঙেল লৈরাং মখোয়বু চৎনবীগী য়াংমদা হঙোইনা থনগ্রবা, পরেং লেংই য়াওত্রবী, অমদি মীরম লেনদশু তিনবা য়াদা লাইরম লেনদশু তিনবা য়াদনা মপুগী খোদা ঙাইহাক উৎলক্লগা মথক্তা লৈমজ চনহনা অরেম্বদা মাংজখি। লক্ষাংদা, চীংয়া তময়াদা করিগুম্বদা

পুম্রি মপান্দা শাৎচবী লৈশক লৈচু য়েংকবগু মপূগী খুৎসেমদা করিমত্তা অরাংপা লৈত্রবী, মুত্তা ওইবীশিংনা লৈরাংগী নাচোম শেম্বদা শীঙ্গেল্লকুগী খনগৎচরবী লৈচল চানা শেম্বদা মপানা চুপনজরবী, লৈরাং কৌসি কৌঙমত্রবী শীঙেল হারন্সি হারঙম-ত্রবী মুত্তাশিংগী নাপদা অমুবা শন্নাং মরক্তা নাচোম মানা লৈকা কম্না শাংপদি করিগী কলম্না করি হায়না ইশিগে, ফজরবী মহাকপু লৈরাং পরেং লেংবদি চৎনবীশিংদা চৎলম-দরে। মপূগী খুৎসেমদা কনা নিংথীজনা শেমত্নুনগু কনাগুম্বী পামজবীনা নাচোমগী লৈপুন শেমজবনি, ভৌইগুম্বত্নুং চৎনবী সমাজগী জাতি পরেংদদি মহাকপু হঙ্গোইনা লাপ্না থম্লখি। শক্তা ওংদা কনা কজত্নুনম্নু চৎনবীগী মত্নুংদা চন্নখ্রবদি ঈশ্বরনা মাবু শেম্নমলবম্নু মহাক্কী মপোক ফত্তবগী সমাজগী লৈশি লৈথোনবা মরক্তা তিনবা কংদনা অরেম্বা মপোক অমা ওইখি। ।"লৈনম্না চুরবা থম্মোয় মত্নুঙদা মীওইবনা কাওবা ঙমত্রবা অত্নুগুম্বা, লৈরাংগী মুংশিরবা লৈনম ওইত্নুনম্নু ঈশ্বরগী মফমদদি সমাজদা শোক্না পম্নবা রাদবা তমথীবা মপোক অমা ওইত্নুনা অরেম্বদা লমহাংদা মথন্তা লৈমল চনজখী।" ধর্ম্মদি লেপ্পমক ঈশ্বরনি মরম অত্নুনা ধর্ম্মনা য়াত্রবা মীওইবগী মপোক্তি ঈশ্বরনগু য়াদে, কোম্না খঙলকই। ধর্ম্মবু ইকাই খুম্নত্রবা অমদি থকসি খাসি নাইত্রবা মীওইবগী লমচৎনা চাওখৎপা সমাজ অমগী 'জাতি পরেং' ওইনা মখল খুদিংগী মচু য়ান্দুনা মৈতৈ ধর্ম্মগী সাহিত্য মন্দিরদা পুন্সিগী লৈপুল পরেং ওইহনবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে। নাচোম শেমশি শেমগুমত্রে

পরেং সেংশি লেংঙমক্রে' চাওথংলবা পৃথিবী পুম্বগী লৈপরেংনা মমল নাইদনা কজরবা ওইহুনস্থ মৈতৈ জাতিগী তোপ-তোপ্পা লৈজরবা 'জাতি পরেং' অসিগা শমজিন্নবা কদৌউদস্থ য়ারোই। মৈতৈ সাহিত্যগী পিক্লবা, নাপিনা ইশোঙ্ শোঙলবা মনুংদা' ঈচেল পিক্লা চেন্নিবা অচৌবা ঈচেল ওইরকখীসম্থ, অমদি মতমগী কল্লবা নোংলৈ মুংশিংনা মৈতৈ ধর্ম্মগী য়াং চাউরবা পামেলগী মনা মপা পুম্নমক থুদেক্তুনা মাঙহনবিগ্রবস্থ অনৌবা য়েন্নিং হুন্নক্তুনা ধর্ম্মগী সাহিত্য লৈকোলমুংদা মপুঙ ফানা লৈরাং ফুগায়না শাংলক্তুনা ইমাগী ভক-শমদা, জাতি পরেং লেংলগা থম্মোয়দা য়াশক চেংপগা লোয়ননা পুক্নিং পেম্ম লৈশি লৈথোনশি। য়োইবু য়োইহেন তান্নিবা শানৌ নহাশিং অমদি নৌনা পোমথংলক্লিবা মপুগী থুংলেমগী লৈকোন্দা লৈরাং ফুগায়না শাংকে থৌরাংলিবা মুক্তা ওইবী শকচেনবী, পুক্নিগী মতম্না লৈরিঙৈদা অপাম কাদা লৈমল চনখ্রিঙৈ, মুংশি কান্না পুক্নিগী লৈপুন অমদি য়াশক্কী বিদায় লৌখ্রিঙৈদা নিংতোলনা য়াশককায়-খ্রিঙৈদা অমস্থং থোংমুন মপান ফরিঙৈদা, লাইনিং পরৈ চেংনা মৈতৈ সাহিত্য মন্দিরগী অকোয়বদা অশেঙবা ধর্ম্মগী লৈরাং কংনবা পুক্নিং চেংনা থিজহৌ। লৈরাং মানা শাংপদি মীওইবগী মিংনা ঊবা ফংজ্রবা অমদি থোঙনা চত্তুনা থিরক্তুনস্থ ফংঙজ্রবা লৈরাং মাবু ফংগদৌবা নত্তে, পাম্বী ওইনস্থ তৌজ্রগা, কুম্বী কালেন নাইদনা শাংপা অমস্থং লৈরাংনা লৈমল চনখ্রবগুম্ন পুক্নগী ইতিহাসসী লৈকোম্না মুক্তিনথৈ শিবা ফংবা নাইজ্রবা, অতুওম্নবা মক্কমদা য়েন্নিং হুন্দুনতা লৈবনি শাত্তুনতা লৈবনি। লৈরাং মাগী লৈনমদি

শঙ্গ্রবা মচুনা কোক্তবগুম পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা মৈতৈ জাতিগী থক্মোয়রদা লৈনমচুনা চুম্নবা ইকোত্তিনা, মনিপুর সনা লৈবাক্তা অমাঙ্ অতা লৈতনা পুন্সি চুম্না লৈহৌগনি। মথল মথেল লাইনিং শাৎলবা শীংতেল লৈরাংশিং অচুদি পূক্নিংগী আশা মতুংইন্না লৈরাং মাগী শকুম ওইবনি, শীংতেল মাগী লৈচু ওনবনি। মপূগী থৌজা মতুংইন্না মাগী থুৎসেমগী মচুঙদা শাৎলিবা লৈরাংশিং অচু হেক্তুন্না নিংজবা আশা অমগী মকম অমদা লৈশি লৈথোনবা হায়রবা অসিদি মশাগী অমদি মীহুগী মহাকী ওইবা থরগদনক্তা নিজবা দর্শন মথল অমনি। "পূক্নিং লৈকোনগী প্রথুম্নদা হৌরিবা থক্মোয়রগী মচুঙদা শাৎলিবা ধর্ম্মগী ওইবা ম্নবা শীংতেল লৈরাংশিং অসিবু হেক্তুন, মথল মথলগী লৈশক লৈচুযেংতুনা জাতিগী ওইব পরেং অসি লেংতুনা মৈতৈ সাহিত্যগী স্মৃতি মন্দিরবু কোয়াশনজবা ওন্নবা অমম্তুং ফংঙমন্নবা শীংতেল লৈরাংশিং অসিবু, মৈতৈ পে কপী ইমাগী খুয়াদা পুন্সিগী লেঙত্রনা রাশকা লোয়নননা লৈশি লৈথেনবা ওম্বা হায়বা অসিনা, জাতি অমনা জাতি অমগী মপোক্তা তনবা ফংত্রবা মমল নাইত্রব', ইমা লৈবাক্কী মফমদা নিঙজনা অংশংবা দর্শনদি মসিতনী।" নোংজু থাংই মতমদা ঈচ্ছল কল্লবা ঈচেল ঈরৈনা চাউর চাউরবা উপাল রাপাল, নুংজাও, লৈতোই শুংকুপ্নচিংবা পূম্নমক পুথরকপগুম, শেংলবা রাখলগী কন্নবা ঈচেলমা থুদোং-থীরবা সমাজগী তমথীরবা লিচৎ-শাজংকী মচাকেশিং অসি থোম-জিন্দূনা পুথখিব। য়াই নোংমদি। ওলাং থাগী চান্নবা মুংশানা মাচেম পৃথিবী অসি লৈত্রক চৎলবা মতমদা কুনগী লোংনা

থুনা য়াওনা পাইশিল্লকনা অরাবা মৈশা কোকহনবগুম রারবা সমাজগী মৈশা অসি কোক্লবা অনৌবা ধর্ম্মগী নৌমিহৌ মথল অমা মতম অমদা লাকখিবা য়াই। লৈরাং লৈপাক্লেগী থোৎলবা মাপী লৈমান। কল্লবা মালেম খিঙ্গাইবগুম্না থোং নৌরবা মৈতৈ ধর্ম্মগী জাতিগী লৈরাং মথল অমনা, কল্লবা রথলগী পূক্লিংবু খিজাই-ছুম। মৈতৈগী ফজরবা কবিগী শীংথারৈগুম্না লুরবা লৈরাংনা শাৎলবগু য়ারি। কবি ডাক্তর কমলগী 'মাধবী' না মাধবীগী মপুক্তদা লোৎখিরগুম্না অরেম্বদা লৈমল চনখিবা। তাঁরবগু মাগী তুংশিবা মনম্না মৈতৈ মচাশিংগী থম্মোয় মনুঙদা ওসি ফাওবা কাউবা য়াদবা লৈনম্না চুহনা লৈহৌই। মপূক্লিঙগী করিগুম্বা চিংনবা রাথল অমদগী মফম-মরাং খঙহৌদনা কবিগী পূক্লিং লৈকোন্দা তাওনা শাৎলবী লৈরাং অমনা, মস্তুং মতম চাদনা অরেম্বদা মাওখিবা অমম্তুং অরোইবদা 'মুমিং অহুদগী মাধবীবু মফম কদায়দগু থিবা ফংখিরে' হায়না কবি কল্পনাগী রাথলগী য়ারবা ঊচেলদা মাধবী কৌবী লৈরাং অহুবু মীরমলেন্দগু তিনখিদা তুংশিরবা মনমগা লোয়নন', কবিগী ঊচেলদা তাউথম্লিরবী, অমস্তুং নিঙঙমদবগী থারম্না মৈচাক্লা মৈতৈ মচাশিংগী থম্মোয়দা কাউবা য়াদনা নিং-শিংবগী লামায় থূদিংদা ময়েক লানা য়ম্মি তাহৌদ্রি। "সমুদ্রগী মনুঙদা মণিমুক্তা লোৎপগুম, চাউর চাউরবা চীংমানচিংবা শোঙ-লবা নারক্তা চন্দোল পাম্বীনচিংবা লোৎলীবগুম্না, মীওইনা পোকপা পুক্তিগী মনুঙদা মমল য়াম্ল য়াম্লবা 'সিংদহিদাক করা' শিজিন্নখিবা লৈতনা অরেম্বদা কংহুনা মথন্তা মাওজথী।" ঈশ্বরনা শেম্বা মগোক্তা

অমা খল্লবা মীওইবনা প্রাকৃতিগী নিংথৌজরগা খুৎশেমগী শক্তম কয়া উবা ফংজবা অমসুং অরাবা মুংঙাইবা অনিমক্কী তেংবাংহুনা হিংহনবিবগুম, চাওখৎলবা সমাজনা কজবা পুকচেলগা লোয়ননা ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যবু লেওইবা শক্তম অমা ওইনা খমহুনা অনি-মক্কী মুংঙাই য়াইকনা থমনবা হোৎনবা হায়বা অসি ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্য অতুগী কজবা মীওইবগী শক্তমদি মসিতনী। মশা কয়বা জিবশিংবু মশাদা লাইথুং পল্লবা অতোপ্পা অমনা য়েংহৌদবদগী অমুম অমুম শন্দোক্লক্লুনা পুম্নমক মাঙ্‌খিন্নবগুম্না মীওইবনা, মুঙাই য়াইকনা পাল্লিবশিং অসিসু কল্লিগুম্বদা লাল্লবা সমাজগী লায়-থুংনা শন্দোক্লক্লুনা সমাজ অসিগী মমুঙদা লৈরিবা য়াইক মুংঙাইবগী পুন্সি কয়া মুংঙাইতবা মপোক অমা ওইরকপা য়াই।. মুংঙাইবা মপোক ওইগে হায়রবদি য়াশক চেৎপগা লোয়ননা ধর্ম্মবু লুনা তৌবা তাই. জাতি অমনা অতোপ অতোপ্পা জাতি কাংলুপ কয়া পুনগে হায়না খল্লবদি, অহানবদা ধর্ম্মনা জয় মথং মথং তৌরকই; মতৌ অমুম তৌহুনা মীওইবনা অপুনবা জাতি অমা খোমজিল্লকই। ধর্ম্মগী অপুনবা লৈবা মকম অতুদা ঈশ্বরসু লৈ, ঈশ্বর লৈতে হায়না খন্দুনা ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যবু থৌওইরক্লবা মতম'তুদগী জাতি অতু মচেৎ মচেৎ ওইনা কিম্বরকই। কিম্বরক্লুনা চাইথাররবা সমাজ অতু ঈশিং ঈচাওনা অমদি য়ুহারাবনা মরু কংনা মাংহনবগুম, সমাজ অতু লৈখা তাহুনা মরু কংনা মাঙলকই। মীওইবনা অকবা থবক তৌহুনা ইজাতিগী সেবা তৌগে খল্লবদি অমসুং ইরৈবাকপু মুংশিনা নিংলবদি জাতি অতুগী ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যবু থাজবা তাই।

মরিশুবা পন্দুপ

## শীঙেল করি লৈনো শাৎলিবসে?

মপুগী থুংসেমগী মসুওদা নিঙথীনা য়োক্‌নবা থবক্তশিবা মৈতৈ লৈ-কোন্দা মুপামচা মুপীমচা কাংবু কাংবু হৌনফুনা মথুক্তা লৈরকই অমসুং পাম্নফুনা লৈ-থিবা চঙশিল্লক্লি সমাজগী য়েক্লবা তিংথমা অমুবা শোঙলবা নারক্তা। মপুক্লিগী অপা থুংজক্লিবা, মাক্তিগী খোলাং তোল্লিবা অমসুং অরাবা মাঙ্গৈয়োক্লক্লিবা অঙাংশিং অসি-লৈ-থিবা মুমিং অসিদগী হৌনা মখোয়গী থম্মোয়দা করিগুম্বা বাখল অমগী তিল্লা চিকপা হৌরক্লে, অমুম অমুম রারি শাফুনা চৈপ থিরি। মনাক্তা হৌরিবা অমসুং পোমশাৎনরিবা অঙাংবা লৈশিং অমুক হেকসি হায়না থরনা হায়রি, কনা অমনা অমুবা হায়রক্লি, মতুংদি মশক্তনি কজবা, লাইদা কৎপা য়ারোই, অতুনা হেক্‌ফুনা থোইনা কায়রোই মথক্তা লৈমল চন্দ্‌না মাঙজখিসন্থু। অমনা তাথরি অতুদি করি লৈনো ঐখোয়না হেকদোরিবনি, অতোপ্পা অমনা অমুক হায়রি, ঐখোয়না হেকদোবিবা লৈশিং অসিদি অচম্বা লৈ অমা নত্তে, মফম মরাং থওদবা লৈরক লৈচু হেক্‌না পুগদোবগী শরুকপুদি তিনক্লা-লাঙ্গৈতওবা ওইরবগু ঈশ্বরদা কৎপদা চিংনবা লৈতনা কৎপা য়াবা অমসুং লৈশি লৈথোক্লবা য়াবা। কনি-শিংনা পামজবা অমদি মৈতৈ অহল অমমলনা পামজবা অকংবা লৈশিং অতু হেক্‌না য়েন্দাই থম্মা পুখিলি, অমুম তাংনক্লিডৈদা, মমাক নকপা অতুরাইদা কনাগুম্বা অহল ওইরবা অমম্বা খীং চন্দ্‌না লৈরমই। মশক্তি উবা ফংদনা মাইকৈ অমরোমদগী কনাগুম্বা

অমনা হাল্লকই, মতুদি, লৈথির লাক্লিবা অস্তাংগা হায়রিগে তাজো লৈথিবা মফম ওন্নরে শা-ইকনা থল্লবা মফম অসিদা করিগীদমক্তা লৈথিবা কোয়চং চংলি, নখোয়গুম্বা নহা ওইরিবৈদা চেকশিনহৌ-জবা নিঙবা কাম্বখা মাবখা ঐগুম্মা কনাগুম্বা থরজনা থুদোং-থীববা অসিগুম্বখা মযম আসদা শীং চন্দ্রনা পুন্সি লেনবনি, অছুনা মফম অসিদগী থুনা য়াঙনা চংচখো, অতুগা অমুক হায়গে তাও, অমকপদা নিগ খোংলিবশিং অসি চাওখৎলবা সহড়গী লুংঙাই য়াইফবশিংগী খোঞ্জেল নত্তে, বন্দা লৈবা শাহিঙ চাবা জিবশিংগী খোনজেল্লি, লুংশিনা খোংলিবা খোম্থাংশিং অসি সহড়গী যন্ত্রশিংগী খোনজেল নত্তে অচিকপদা হৈনজগা চেক্লাশিংগী খো-নজেল্লি, সহড়গী নিল খোবা হৈনজ্রবা লমলক্কী শাশিংনা মথি ফোংলক্কনি, বনগী চেক্লাশিংনা মীনিল তাগ্রগা কনাগুম্বা তমথিবা শাদামবা লাক্লবোই নিংতুনা লাকনা লাকনা খোঙলক্কনি, অমদি লাইনিঙবা কয়াগী নিংবা কায়রক্কনি থুনা যাঙনা চংথীবনা ফগনি। মুপীগী জাত্তা পোক্লবী শীঙেল লৈরাংগা প্রমান ওইরিবী, জগৎকী য়াথোক ওইরিবী পাইরক্কী পামজবা য়াথল্লা থ্মহৎখিতুনা য়েক্লবনা থল্লবা শোঙলবা নারক অসিবু ইচম চম্বা সমাজগী নিঙথিনা থম্লবা খুৎসেমগী লৈকোল্লী থনগ্রবোই। পামেল থক্তা শাৎচবা লৈশিংবু হেক্তুনা ঈশ্বরগী মফমদা কৎখোকপা হায়বসিদি পুক্লিঙনা নিঙজবা করিগুম্বা আশা অমগী মথাপোম্না নিঙশিঙজবা য়াথল অমগী খুদম ওইনা মীওইবশিংনা ফজবা অরেপ্পা নিয়ম অমনা পুক্লিঙ হকচাংবু কাঞ্জিনহনবতনি। "নখোয়না থিগদোবা লৈদি থম্মোয় মচুঙদা

কুম্বী কালেন নাইদনা শাংপা ধর্ম্মগী সাহিত্য লৈকোন্দা মৈতৈ জাতিগী পামেলদা মুংশিবা মনমগা লোয়ননা শাংপনি; থম্মোয় লৈরাং মাবু হেক্লগা চেক্ষরক্লিবা, রাখলগী ঈচেলদা জাতিগী লৈমাংনা অতৎ অথম লৈতনা "মাতৃ তর্পণ কৎচহৌ", অমসুং ফজগ্রবা লৈরাং অহুনা লিংজেল মায়বগী লংজা কয়ানা তংনদবগী কয়গা থাঙজিন্ত তারগা ধর্ম্মগী শেংলবা লৈরাং অহু পরেংচানা লেংহুনা মৈতৈ লৈমগী ওকশমদা হুকচহৌ। ঙসাইমখৈ অঙাংশিং অহু তুমিন তুমিন্না কমহুনা লৈরমঠ, তৌইঙম্বসুং মপুক্লিঙদা পাথংপা অমদি তুজুংবগা লোয়ননা সুপামচাশিং অহুগী মরক্তগী অমনা তপ্পা তপ্পা পাউথুম পীরকই, মহুদি বনদা শীঙজল্লিবা কনানো নশক্তি উদে অহুগা স্বর্গদগী পীরকপা লাইগী পাউতাকুম থম্মোয়দা খাঙঙমদ্রবা রাহৈনা ঐখোয়গী পুক্লিঙবু অনৌবা মখোঙ সোম্লি অমসুং কাউঙমদ্রবা পাউতাক্লা ঐখোয় পুম্নমক্কী লোশিং পীবিরী থুম্নবা রাহৈনা পুন্সিগী, ইজাতগী, ধর্ম্মগী শেংলবা লম্বী াকপীরী; ময়াম অহুগী মরক্তগী সুপীমচা অমনা থুম্নকই, ঐখোয় পুম্নমক লৈথিবা লাক্লিবনি অহুগা খিগদৌরিবা লৈ অহুসু মিৎনা উরিবা লৈ মখৈ অঙম্বা হেক্তা হেক্রুরগনি হায়হুনা লাকপসু নত্তে, হেক্কে থল্লিবা লৈ অহুগা মরি লৈননা ঈশ্বরনা ঐখোয় ময়ামগী পুক্লিঙ খঙবাহুনা তাকপিরবনি অহুনা ঙসিগী লৈ থিবা অসি তোক্লশি থুনা রাঙনা থুমদা হল্লসি অসি হায়হুনা মহৈ মহৈ ময়ুম মাঙ্গৈকে পাংলকখী। মীকুপ অমগী মমুঙদা মফম অহু উলরাইমুক চিকহৌরে। য়াম্না করে লম্মাংদা অমদি নারক্লা শাংপা ওইজসমু লোইবী চাংদা

শাহেপা ওইনমু অমস্তুং 'শাংজা শাংপা ওইসমু, "দুর্কিজনা পামগা মহুংইয়া শীজেল লৈরাং হেক্কনা চুয়া ঈশ্বরগী মঙ্গমদা কংপণুনি, মনিঙ্ মর্থক্তা ভাকয়ে, লৈলক্লেনা তথাগদি কংমিডআ মক্সা রাং-গ্রমদি প্রকৃতিগী থুংসেবদা লৈ অমুক রাংপা মত্তে; তৌইগুম গুং মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোন্দা ধর্ম্মগী লৈরাংনা কুপ্না কালেন নাইদনা শাংপনি লৈশিং অমু হেক্কনা মপুগী থুম্রাখাদা কংচ হৌ হাররা কাহৈশিং অসিদি উঠম মেয়া খনবা বাবা তবাই তরাইবা রাখল নত্তে, জাতিগী মহুংদা ধর্ম্মনা জন্ম তৌবা অসিতমি। লশ্বীদা পাখই লৈশাবীশিং অমু রাগি শার শারহুনা মথুম য়েনবা লাক্লমই, মখোয়না লশ্বীদা অস্তুম চংলিতৈজা লৈশাবা অমনা রারী শাবা হৌরকই ময়াম অহুনা ভূমিদা তারমই মহুদি লৈশাবী হাবগা অসি কনাইবু কৌই হায়না হংলমই ময়াম অহুনা থুমলমই, লৈশাবী হাবরা অসি মখোয় ময়াম চংলিবা অমিনী, ঐখোয়গুম্বা পিকথম্না লশ্বীদা চংলিবশিং অসি লোইনা লৈশাবী ওইবা তাররিব্রা ? নত্তেদা, মখোয়-গুম্বা হায়বদি যুম পাস্ত্রিবা জাং অসিবুনি, অমু ওইববদি লশ্বীদা চংলিবশিং হায়রবদি ঐখোয়গুম্বা অসি করম্না যুম পাস্ত্রিবা লৈশাগীনি হায়না খঙনবগে ? পাথঙ অমনা থুমলকই, অখঙবা লৈশাবীদু লৈশাবীনি হায়না খঙনৈ অহুগা খঙদবশিং অহুনা অহুম খঙদহুনা কনাগুম্বনমু মমক মরক্তা মৌ ওইরথোই নিংহুনা ইতৈমা হায়না কৌক্ষবসু য়াওই হায়, অতুগা লশ্বী চংপদা লৈশাবীনা কিববদি ঐদি যুম পাল্লবা মৌনি হাবনমু থুম্বা য়াওই হায়নৈ অহুগা মৌনমু পাউথুবু হৈরবদি লৈশাবী শাবমু থেংনৈ হায়নৈ মহুদি কনাগুম্বনা

ইবেম্মা মবু মোদা লৈশাবীনা হায়না হংঙদা ঐহাক্কি লৈশাবীবি হায়না থুমদোক্তুনা মরক মরক্তা মৌশাবীশিংমা পাবশিংদা মীনময় চাংবনে হায়। লৈশাবী অমনা ঙমুক হায়রকই. মতৌ থাবু তোকহুনা মমাংঙৈগী অঙল লমল হুরুক্কুগী হৌনা মৌ লৈশাবীবি হায়বা মকম ময়াং থক্তদনা লৈরকপা জাংলা ? অংলশিংনা হায়নে লৈশাবীনা মরাইবক্তা থা মচেং শামা কোয়না ককই, হেক য়েংবদা নিমি পানবা থাগুম্মা ফজে অহুগা মুরাগী শাইনোলতাদ্ য়েংলগা থম্বাল লৈরিক্তুমই হায়না। প্রমান তৌনরমই অহুগা ময়ুম হেক পানবা মতম থরগী তুংদা মশন অহু খোমগত্তুনা মৌগীশিংদা চলহল্লী হায় অহুনা ওইরমাল্লে মজাইবেম্মা খোইবীনা। কবোলোইদগী কারকপদা খোংজোমপর্ব্বা অমস্তুং পেনা শকপা মৈতৈ ওজাশিংনা প্রমান তৌনৈ অহুদি, 'ফাক্তা মুংশিং নামিবা মুবাবু মৌগীশিংদা চলহল্লি' হায়রিবা মমাংঙৈগী মতমদা ধর্ম্মদা য়ায়া চোকশিল্লগবতা নত্তনা শক্তমদস্থ রাঙাং শাঙাংদস্থ লৈমকোল নিংথৌকোল মশক থঙনা তোঙান তোঙানবগী মওং অসি থায়দোক্তুনা লৈনরমই হায়। লৈশাবী অমনা অমুক হায়রকই, মতৌ করম তৌবদগী থায়নগী অহুক ফজরবা মওংশিং অহু থংহোং হোংলোকখ্রিবনো ! অমনা থুমকুই মহুদি, মৈতৈ মচা ওইনা মজাতিগী ধর্ম্ম অমস্তুং সাহিত্যবু থোওইরক্তবা অমদি অতোপ অতোপ্পা লৈবাকী লোন অমস্তুং ফিজেৎ চাকচানফিংবা মীতৌ ওস্বা পামজরবদগী অতোপ্পা বিজাতিশিংনা ঐখোয় মৈতৈবু উশিংলক্তে, মসিনা ইজাতিনা নোংমা নোংমগী ধর্ম্মদা লৈখা তারক্তুনা অরাবগী থাক্তা নোংমা নোংমগী কুমথরক্লিবা

অসিনি। মরম অনিনা হৌজিক্কী মতমগী ঐখোয় নহারোনশিংবু অহল লমমশিং কনা অমত্না খাদে, "জ্ঞান তাবা অহল শমনদি খাংঙৈশেংবা লাইগী মশক্তি মরমদি মখোয়গী মকওইবদি ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যনি, ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যনা লাইগী মশক্তি হায়বদি লাইশক্তি হায়রনা লৌরবা অসিবু থওইত্রবদি জাতি অদু কদৌঙৈদসু চাও-খৎপা য়ারোই হায়রবসিনি মসি লৈ থিবা চংপদা। স্বর্গদগী লাউথরকপা খোঞ্জেল অমনা ঐখোয় ময়'মদা তাহনখীবা অদুনি" অদুনা ঐ খাল্লনা ধর্ম্ম অমসুং ইজাতিগী সাহিত্যদা পুক্নিং চঙনা থিজিনহনা মৈতৈ মচাশিংগী অশেংবা জাতি পরেং অমা লেংবা তাই। ভারতকী মমুঙদা চীংনা ইকেথ কোয়শিনবা শিক্লগা লৈবাক মচা ওইবসু ফজেদকো মণিপুর লমদম সনা লৈবাকসে, তম্পাক্কী অল্লাংথংগা শরুক্তা মকেঙ চীংজাওনা ভমথৈ ওইরিবা, নোংচুপথংবা মায়কৈদা কৌব্রু চীংনা ভমথৈ ওইরিবা, খা থংবা মায়কৈদা থাঙ্গা কারাং চীংনা ভমথৈ ওইরিবা থাপ্পা য়েখিবদা পাক চাওরবা অমসুং মল্লাঈদা 'ঙ্কপ মপৈ কয়ানা ঈপাক্কী ভমথৈ ওইবগুম লোক্তাক পাৎকীসু ভমথৈ ওইরিবা অমসুং নোংপোক থংবা শকক্তা নোংমায়চীঙনা ভমথৈ ওইবা লমদমনি। মণিমুক্তানা থাম্বনি, ধর্ম্ম অমসুং জাতিদা তোঙান তোঙাম্না লৈজনা ওইরবসু মুংশিনবগী ঈচেলদা পুন্সিগী লৈপুল ওইপ্রবা অমনা রাবদা অমনা হেন্না হেন্না রারবা ভৎন থানবা লৈরক্ত্রবা অনিমক্কী মুংশিনবগী ঈচেলনা ভসি ফাওবা লেপ্তনা চেন্থরি অনিমক মণিপুর লমদমদা। পোকমিন্নবা নক্রবসু দশরথ নিংথৌগী মপারি পুকচেল কজবা ভরতনা মন্নাম্বা রামচন্দ্রবু মুংশিবা

উত্তুনা রামায়ন কৌবা মহাকাব্য পুরানগী মন্নুভদা ফুংক্তোকপা য়াত্রবা মিংচৎকী য়ুম্বীনা মরেক লানা য়ুংলম্বগুম্না চাংমী অমসুং তম্মোগী মচিন মনাও অনিগী হুংশিনবগী য়ুম্বীসু মণিপুর ইতিহাসকী মন্নুংদা ইতিহাস কবিনা মরা চেৎনা য়ুংলম্মী। মৈতৈ হুপীশিংগী ফজবা ফিজেৎ, ফিদম্নিংঙাই ওইরবা ভক্তি ব্যবহার, থক খা নাইবনচিংবা পুন্নমক চৎনবী মতমগী রাঙাং শাঙাং ফিজেৎ চাকচানচিংবা কল্লবা মতমগী ঈচেলদা খঙগৌদনা লুপখী। মৈতৈগী থোৎনা নোয়বা নহারোনশিংগী লৌশিং পাঙ্গল অমসুং অহল লমনশিংবু কিনা চৎলম্বা অহু পুন্নমক নোংমা নোংমগী মাঙশিল্লকপনা মতম অমদা চৎনরম্বা সমাজ জাতি অহুগী করিগুম্বা খুদম কাওবা লৈশিল্লক্করে। অকাওবগী লাংনা থত্তুনা থমগ্রনসু নিংশিঙলকপা মতমদা অসিগুম্নবা তমথিবা লাং অসিগী এন্নুঙদগী নাম্থোকতুনা চেল্লকপা ভম্বা জিবশিংনা মথ্রাই হিংবগুম্না মৈতৈ জাতি অসিসু হিংবা ভম্বগী ধর্ম্মগী তাইবংপান অসিদা মতম কুইনা হিংহৌহ্নুনা লৈবা য়াই। মৈতৈগী অশেঙবা জাতি অমা ওইনা লৈগৌনবা হোৎনবনা ইজাতিগী ইথৌনি।

---

### মঙাশুবা পন্থুপ

## নুংশিরা লৈরোং পোমশাংনরি, শেংলবা মৈতৈ পামেলাম

য়েংউনে ইমা! ইনৌ নৌনা পোমশাংলরিবা লৈশিং অসে মরক মরক্তা অপোম্বসু য়াওরি অহুগা মপুঙ ফানা শাংগ্রতুনা [illegible] লৈমল চনবসু উরি, ওঙ্গোক্নবু ফজপ্রেনে, কুমগী মতম ওইরকপদা য়াথলনা ঈহৌরকপদা অরি অরিবা মনা কেনগ্রগা নৌর নৌরবা মনানা কয়াদা কজনা য়েন্নিং হুন্নিংসে য়েংবদা মিংয়াম ঙোধনা যাদবা-মখৈ ফজখ্রি। মাইকৈ মরিমক্তা চীংগী চীংশাঙ পয়রেনা নুংশামক শুগা পরেং লেংহুনা অমতা ওইনা তিন্নখিহুনা মায়কৈ পুমমক ইকোয় কোয়শীনখ্রি, লোইয়োই লোইয়োই ঙাম্নথখিবা চীংগী চীংদোলগা লোয়নবা শংবাম্নরবা অতিয়াগী মক্নোয়গা অমত্তা ওইনা অমুকসু তিন্নখ্রি। উপাল উয়িনচিংবা হাঞ্জনাগী অশুংবা মপৈনা তিঞ্জবা বসন্তগী অনৌবা হৌগৎলকপগা লোয়নবা চীংমায় চী দোলগী মচি মচি থুদিংদা চীংমীনা কয়াদা কন্না পাম য়ানিবা অমসুং হোই শাউবা থোঞ্জেম্না থৌনা ফবা অমদি লিংজেল মায়বগী জাতিগী মথৌদাং পুথোক্নুনা কন্না নোমহুনা চীংগী চীংদোন্দগী হেন্না রা লথা স্বর্গ ফাওবা য়ৌননবা মজাতিগী থাক শেমলগে থনবগুম তৌরি। নেসা চাবা থাদোক্নুনা শুবা নোম্বতনা অমদি অচুম্বতনা মীথা পোনবা পামদবা জাতি অসিনা ওসিদি জগৎ জয় তৌগে হায়না উৎপগুম শঙ্কৗরি, অতুগা রাংলবা চীংদোন্দগী চেম্থরকপা কন্নবা ঈচেম্না সঙড়গী নপুঙেরাহন. তরু তরুনা লিক্লাই মহিগুম্না চেম্থরক্নি কয়াদা ফজগ্রবা,

মতম্মা নিংথীনা শেম্লক্লগা অনৌবা তাইবংপান অমা ওইহনা অনৌবা মুমিৎকী মতান অমনা চীংলৈপাক পৃম্লক ভানখিহনা স্বর্গগী অনৌবা তাইবংপানবা অমা শেম্লকশগুম তৌখি। হৈরাং লৈরাংগী ফজবা উহৈ রাইহৈবা পৃম্নমক চীংগী-চীংশাং পরেংদা অরাৎপা অমতা লৈতনা উরি। চাওখৎপগী মুনিংনা তরং-তরং থোরক্লুনা তাইবংপানবা পুম্নমক হনাও মথোই কাহনা পুক্নিঙ তুজুং হরাওনবা মতম সিদা থোরকপা মুমিংনা মরাঈ চাংথরকশগুম অমদি পাত্তা লাইজ ঈপাক্লা ওংজনী ঈনা ফজবী লৈবাং থবোনা অরাবনা ফিরুক খুমখিবগুম ঈংনা ফজববা মৈতৈ জাতিনা খণ্ডহৌদনা ফিরুক খুমথ্রী। মচিন তুমলবা ঈশগী ঈফু কযানা মরম ওইহনা নিঙথায়রবা ঈশিঙ ঈচ ওনা ম ভগনাগুম মৈতৈ জাতিগী সমাজ অসি মতমগী ঈচাওনা কুপ্লুন থমখিনা অরাবগী মশাক্ল। মহাং লৈকুৎ-কোঙ্গুৎ অমস্তু ফুলা দলান শাবগী নিংথাযবা মফমশি কয়ামরুম উকরগা মতম অমদা কোনুং ওইরম্বগী অমাদ খায়নগী ইপা হপুশিংনা লৈরম্বগী খুদম খণ্ডহৌনগুম মৈতৈ জাতিগী লাচগী মশক ওইরবা অহল, লমনাশনা তৌরম্বা অমস্তু চৎনবম্বা ঐথোয়গী ধর্ম্মগী সাহিত্যনা মচেৎ মচেৎ ওইনা তাহনা লৌখিবা অসি উকবদা খঙ্খোয়দা মুংডাইতবগী রাথল অম পেত্লু। 'মতম কুহনা রেংখিগ্রেবা, মথোং শোঙ্গীত্রবা শীডেল লৈপো কয় ন খুইকম খু রুম তৌহনা শাৎপদি শাৎপদি ভ্রমদ, মতমগী বল্লনা লুথং খনবগী মিপাইবনে শারবা মুংশাগী মৈশা খাঙবই রাবনা পখংগা পরবাংগী মতৌশঙ অম্লি উকরগা ইজাতিগী ওইনা পুক্নিঙ মুংশিবকই"। অতিক্লমগী পদমগী

মবেন্মা চীরা চিং লেয়া ফজবি মৈতৈ লৈমা শকহেনবী পুন্সি অসিদা কাঙবা ঙমগ্রেনে নহাক্কী লমচং পুন্সিগী ঈচেল, ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যগী কিদমনিঙাই ওইরবা লুরবা মতৌ উথিদবদা। "তমথিনা কজ্রবা মতমগী পাঙলনা নশম পাইহনা চিংহনা পুখিবদা ইমা নগাকপু থায়না মৈচাক্কী লম্বীদা চিংনা চিংনা য়েংজগৌবা নত্তনা করিস্থ পাঙ্গল থোকপা ঙমখিদে।" মরাল করিগু লৈজস্রগী দ্রোপতিবু রাজ-সভা মথাঙদা কজবা কিজোক সেনাপতিনা মশম পাঙ্গহনা চিংহনা পুখিবদা কজবা মচিল মনাওনা হয়া য়েংহনা লৈহৌই হায়বগুম, মৈতৈ জাতিনা ফনা কন্দুনস্থ করিস্থ তৌজবা ঙমখিদে মসিস্থ মৈতৈ সাহিত্য অমসুং মৈতৈ ধর্ম্মগী চৎনরম্বা সাহিত্যদা মুথৎপা য়ারয়োইদৌবা মুংঙাইতনা মৈচাক অমগী মতাং অমনি।

মথাক্সুংদা চেৎনা থাগোনজরবী মপারী মমোম কায়নবগী মৈচাক ফংলবা মমা মপা ওইবশিংনা শকমায়বা মচা ফন। যাওহনস্থ মচা শাবা য়াদবগুমা অতোপ্পা মীচা-বোক্কা মচা শাবা অনস্থ মধাগী মত্তৌগুমা ফনা লুনা তৌহনস্থ লমচং অনি অচু তিন্নবা য়াদহনা মতম অমদা য়েংথিনরকপা হাঙ্গবা অাঁসদি মশানা তাঙ্গবনি। মতমগী মুংশিংনা কয়া হুমজিল্লকপনা থৎপা ঙমদ্রবা মৈতৈ মচাশিংগী থম্মোয়দা মথন্তা লেপ্পা ঙমদহনা অতোপ্পা জাতি অমগী মথোয়গী ধর্ম্মগী ঈচেলদা ধর্ম্মগী অপুনবদা লুপথীবা তারবদা থায়না লম্বী মরক্কা নথন্তা "করম্মা লেপ্তুনা লৈহোবা অমসুং মৈতৈ মচাশিংনা ইমা! নহাকপু করম্মা থাদোক্রম্বা হায়বা য়াথল অসিনা ঐগী পুন্সিদা সংসার থাদোক্কনা চৎলমদাইদা মমা মচা কায়নবগী মৈচাক মথল অমা

ঐরেকোন্দা পোক্লি। লাইনা কাহ্না খল্লবা অমদি মল্লনা শুমহৎলবা মীদোনা অমস্থং মথোক মথুং পুন্নশিনহনা খল্লবা জ্ঞান মাঙলবা অঙাওবগুম্না মৈতৈ জাতিনা মশাগী ধর্ম্ম থালোক্কনা অতোপ্পা জাতিগী লাংদা হয়াও হয়াওনা চঙলি। অয়ুক অঙনবগী থোরকপা মুমিংকী নোরবা মঙালগা লোয়ননা তপ্পা শীল্লকপা মালংবনা তাইবং মুমথোকশিংনা মুমিংকী মৈশা লাংত্রিনী মৈতৈ লৈরাংগী মুংশিবা মনম্না মৈতৈ জাতিগী তুখোংশীনবা থুংনা অচুগুম্নবা লৈরাংগী মনম্না চৎলবা জাতিগী হকচাংদা, নমথীবা, তুক্কচরবা মনম্না মৈতৈ জাতিগী হকচাংদা চন্দনগুম খিরুরি। 'থায়নগী লৈরাং অমনবা মল্ল, মল্ল লৈমুংশি' হায়না কবিশিংনা মৈতৈ জাতিগী নিংথীজরবা শৈরেংদা মুংশিনা শীংথানরম্বা অচুগুম্নবা লৈরাংগী চারনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোল্লুংদা মপুংফানা হৌরক্কনা শীঙেল লৈরাং কয়া কয়া পোমশাৎনরি মকা ফম্না শাৎলি শেংলবা মৈতৈ পামেলদা। অনৌবা, বসন্তনা ঈহৌরকপা মতমদা মনাপুংলবা পামেলথক্তা লৈরাংনা নৌনা শাৎকায়রকপা মতমদা পোম্বী চেক্লা-শিংগু অনৌবা নৌনা শাৎকায়রকপা মতমদা পোম্বী চেক্লাশিংগু অনৌবা শৈহৌহনা মপুগী কোলোয় শরুবা য়াই। মৈতৈ পোকপী ইমা মৈতৈ-লৈমা শকহেনবী চিক্লা নথক্তা ভানজবী করিগী থায়না মায়হিং কারিবা হৌকম চংফম অমতনি থন্দুনা মৈতৈগী ধর্ম্মবু মচেৎ মচেৎ তানা থুগাইহনা মাঙহল্লিবা লম হেল্লবী চৎনবী, মতন অমদা মৈতৈ সমাজগী ধর্ম্মনা মহাকপু লমল থুম্বা ওইসম্বু। কম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি হায়বগুম্না মণিপুর লমদমবু মথং মথং জয় তৌশিল্লকপদ নত্তনা মথল মথা অয়াম্বা লৌশিং পুথোক্কনা। ইজাতিগী ধর্ম্মবুম্

মাংহনগে থৌৱাংবা অমদি মৈতৈ সাহিত্যগী কঞ্জরবা ঊচেলবু ঊরম থৈদোকখিবা চৎনবী, কঞ্জরবী মতমগী থৌরাং; নহাকপু কাউবা। ওন্নোই মপোক অসিমগী নিংশিঙ্গনবনতা লৈত্ৰোরগনি মৈতৈগী ইতিহাসগী লমায় খুদিংদা। থরায় য়াওব্রবা হকচাংনা উতুপ তাবগুম লৈরবা জাতিগী ধৰ্ম্ম অমা সাহিত্যনা শিব্রবসু পুকচেল চাউবা কনাগুম্বা মৈতৈ ইচিল ইনাওশিংনা থিরুসনু সিদহিদাক পান্বী মৈতৈ সাহিত্যগী পাক চাউরন্ধ্র সংসায় অসিদা।

## তরুকগুবা পন্দুপ

### শেংলবা জাতিগী লৈরাংদি,
### ফংগুমব্রবা স্বর্গগী লৈরাংনি,

মীওইবগী পুন্সিদা মহৈ মহৈ অরাঙবগী থাক্তা কাখৎনিংই অহুগুম্বা অনেম্বদা থুংনা লাম্বা কংবা মফমদা শাৎপা লৈ হেকপবুদি অরাঙ্গ। থুংনা লাম্বা কংদবা মতোনদা তোমশাৎনবা লৈ অহুবুতা কল্লকনৈ অমমুং পামনৈ মরম অহুনা মতোন য়োনা কাখত্তুনা ওইরবসু অমবু ওইরবসু থোকপা অমা তৌত্নুনা লৈ অহুবু হেক্লনবা কল্লা হোৎনৈ মত্তুতদা মপুক্লিঙগী আশা থুংনৈ। করিনা হায়গেবু মীওইবসি মহৌশানা অরাংবা থাক্তা লৈবা পোৎশক অহুবুতা পামনৈ কল্লক মীহৌনৈ কঞ্জবসু মহুতনা হেল্লথোই নিংনৈ, লুবা হেনবা লৈবাক মচা তাববু

পামদবা জগৎতা কনাম্ব য়াওদে, মৈতৈগী জাতিগী সাহিত্য অমসুং ধর্ম্মদি অরাংবা থাক্তা মথন্তা শাৎচবা ঈংনা মনম সুংশিবা তোপতোপ্পা লৈ মথন অমনি, অমেম্বদা থুংনা লাম্বা ফংবা মফমদা পংশাৎ শাৎপা মফম পুন্নমক্তা শাৎপা অহোঙবা লৈ জাং অমা নত্তে, থদক্তুনা মাঙহনবগী থোইনা পামবা লৈতবা অতুগুম্বা লৈ নত্তে, অভাঙবা মৈতৈ জাতিগী লৈরাংনি। মরম অদুনা কনাগুম্বা অতোপ অতোপ্পা জাতি কাংবু খবনা কল্লক্লমম থোকই, অদুনা লৈবাক্তী অরাম্বা মীনা মৈতৈ জাতিগী ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যবু মাঙহন্দুনা অতোপ্পদা তিনশিন্নবা কন্না হোৎনরি। অসুম অসুম লাপ্পা পুখোক-খিদুনা মফম মরাং খণ্ডবা সংসার অমদা থাদোক্কুনা অভাওবগুম্না লাওখোংদুনা চৎপা হৌরি অতোপ্পাশিংনা মতৌ য়েংলগা রা-রা লাউনা নোক্লি। মৈতৈ জাতিগী ইচিল ঈমাওশিংবু মফম পুন্নমক্তা কনাগুম্বা জাতি কয়ানা উচেক্লচিংবা মথাই কাবা য়ুনচিংবা পিথক্কুনা মৈতৈ ধর্ম্মগী চৎনবীগী রাংমদা থাদোক্লি, নিংথৌনা নাউগুম্মি; মনিপুর বাশি!! ওম্হোকপনি ঐখোয়গী পুন্সি, ইশাগী ইজ্জৎ, ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যবু ভাকচবা ঙমদ্রবনিকো, চৎনবী চৎনবী মহাকপু ওম্হোক্লা কিঙ্গবোই। নোংশাগী মতৌগুম্না অশোনববু তুহৎপিদবা পাঙ্গল মাল্লবা অকমবতবু থেঙনবা অমসুং পুক্চেল তপ্পদ শিঙথানবা অদুগুম্বা জাতিনি। ঈংলবা গুত্তনা লৈতেংবা মেঙলবা থাগী মঙান্না তমজনবনি অদুবু হৌজিক্তি অরেম্বদা থৌনা ফদুনা ইজাতি মশেল হাৎনা শুনদুনা ইশানা ইশাবু মাঙহননবা শিল্লি। মৈতৈগী মরিন্দি সুঙ অতেকপা শম্বা য়াদবগুম্মি অসুক্কী মতিক শাথিবা নিন্দানি অক্রু

কনা ওইহন্‌না তোকই। অশিংগুম্বা অচৌনবা অহল্‌গা ওনলিং অশিনা ইমালিকি অমসুং মৈতৈ ঐখোয়গী ধর্ম্মদা মায় ওনশিন্দুনা মৈতৈ চনবী হায়না অথোংনা উংপা ওম্বদি অতৈ অতোপ্পা মীজাতিনা থোইদোক হেন্দোক্লা খুত্তিকচাবা ইকায় খুম্নগদবনি। ঐখোয়গী হায়বা লৈতরবা পুম্নমক লোইনা মাঙহ্রে হায়বা খাই। লৈবাক অমতদা লৈমিন্নবা জাতি খুদিংমক অমগা অমগা মুংশিননা লৈমিন্নরবসু মাগী মাগী ধর্ম্মদি অতোপ্‌পনা খুৎ থিংজিন্দুনা অয় তৌকম থোক্কে। মুংশিবা হায়বা প্লোৎশক অমুনা খুহৎ চন্দুনা মৈতৈ জাতিগী ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যবু মায়থিহনা পীদুনা অতোপ্পা জাতি অমগী ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যগী ঈচেমদা তিনথীনবা হায়বসিদি মৈতৈ ইজাতিগী সমাজগী অমাঙবনি নোংয়োক্তা তিনখ্রবা পাপকী মপোক্নি। লৈমা কোন্দা পোমজবী নিংথৌ কোন্দা চাউখ্রবী মৈতৈ পামেলদা শাৎলবী শেংলবা ইজাতিগী লৈরাংদি ফংঙমতরবা স্বর্গগী লৈরাংগুম্বনি, অরাঙবা থাক্তা শাৎচবিনি, ফজবা নাচোম শেমজবদা মথন্তা তোপ তোপ তাজবনি অতোপ্পা শিঙেল লৈরাং যান্দুনা শেম্বা য়াবা নত্রবনি লাইনা থাবা শীঙেলনি কবিনা শেম্বা নাচোমনি, অতোপ অতোপ্পা কনাগুম্বগী জাতিনা শীঙেল নাচোম মাবু নাপদা চিনজবদি জাতি অদুগী ফজবা মায়থোং অমদা পীনহৈবা মপু মানা শমত্রু তোমথিল্ল নম্বগুম্বনি। অতোপ্পা মমাম্নবী শিঙেল লৈরাংশিংনা মপুগ মরৈ ফানা শাত্তুনসু অমদি কনা য়াম্না ফজত্নসু লৈমকোন নিংথৌকোন য়ৌবা য়াখিদবনা মৈতৈ জাতিগী নাচোম শেম্বদা মৈতৈ কবিনা অতোপ্পা শীঙেল লৈরাংবু পুন্সিগী লৈপুল শেম্নমদে। যুগ যুগ খুদিংদা ফাওর ফাওরবা লাইগী মশক

ওইরবা কবিশিংনা জাতি, ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যনচিংবদা ইরম্বা অমদি মহাকাব্য পুরাণচিংবা হিন্দুশিংগী কাওরবা লাইরিকশিংদা মাগী মাগী মজাতিগী ইজজৎ ডাক্লা চৎনরম্বগী খুদমশিং অমু থিংবা ঙমগ্রদা মতমগী ঈচেলদা তাওথগ্রবস্যু, পাক চাউরবা সাহিত্যগী লুরবা ঈরেলদা ঈশং কাববা তুম্বা লৈত্রবা মুগুগুম্বা, অমাও অতা লৈতনা লৈরি ; মহুনা মতম কুইনগী তুংদা অরুবা লাইফম অমা ওইহৌরে। মজাতিগী ধর্ম্ম ডাক্লা চৎপদা হৌজিক্কী যুগ অসিফাওবদা অরাপ অরাম্বা লমদমগী মীয়াম্মাচিংবা যাত্রিকশিংনা অতুগুম্বা লাইফমশিং অমুদা খুৎম্বা চৎনরি অমসুং তীর্থশিং অমুদা মহৈ মহৈ অওম্বা থৌদাং পুখোক্তুনা ঈশ্বরগী মফমদা তর্পন কৎনরি, মিত্তুগী তারকপা পিনা শঙ্গোম ওইনা হৈনরি। তর্পনচি বা লৈ-শু, চেং থোইদিংগী তাউথরকপা ঈচেলনা মাগী মাগী মজাতিগী ধর্ম্মগী সাহিত্যগী ঈচেলশিং অমু লৈতনা থল্লবা কল্লবা ঈচেল অমা ওইথ্রি। মজাতিগী কাউঙমদ্রবা স্মৃতিগী থৌরাংশিং অমু উবদা ফংঙমদ্রবা স্বর্গগী লৈরাংনা খাঙবা ঙমদ্রতুনা মালেম থক্তা লৈরাংগী মপৈ কয়া থাদরকপগুম উবি, "অহিংগী মতমদা লৈচিল নোংফাই থাংত্রবা শংবান্নরবা অতিয়াদা থরামিচাক্কী মপৈনা শেল্লবা নিংখৌ তুরেলগুম্বা শেংলবা লৈগী ঈচেল অমুবু মৈতৈ ধর্ম্মগী সাহিত্যগী মনুংদা ফংঙমদ্রবা স্বর্গগী লৈরাংনা শেল্লবা লৈগী ঈচেলগুম উহল্লি"। যুগকী চৎনবী খুৎসেম অমসুং মতমগী কল্লব। ঈথিন ঈরৈ অসিবু মৈতৈ জাতিগী চীংগুম্বা কল্লবা রাং চাউববা পাঙ্গলনা থিংবা ঙমদ্রবোই। মহাপাপকী মপৈনা থল্লবা পুন্সিগী পুক্কিও পুখ্রি মনুঙদা লুপ্তুনা মমল য়াম্লবা জাতিগী পুন্সি কয়া কয়া লায়থুও পক্তুনা মাঙখীল্লক্লি নোংমা

নোংমগী; মতম কুইনগী তুংদা লায়েংহনা ফবা ওমত্রবা অনাবগুম্না মৈতৈ হায়রবা জাতি অসিগা শম্নরুরবদি মপুল্লি মাওবা য়াই হায়না খল্লুনা মজাতিগী ধর্ম্মবু কিনা চৎপা অতোপ্পা জাতিনা শোরু পল্লবা তিল্লবা তৌদনা চাওখৎলবা সমাজ অসিগীরাংমদা খ্বাইনা হঙ্গোইনরবা মপোক অমা ওইনা তোঙাম্না লৈরবা য়ারি। য়োৎচাবি অনিগী মরক্তা লৈবা য়োৎকুম্না মৈতৈ জাতিনা অমরোমদস্ু চিংবা ওমদা অতোপ্পা অমরোমদস্ু চিংবা ওমদা মরক্তা মগন্তা ফ্রিং ফ্রিং চোংহনা লৈবা তাই। অকনবা য়োৎপু ইসপাত থাংবগুম্না ইজাতি মশেল মথৌ শওহনা শেংলবা য়োৎশেং অমা ওইনা লৈবনা ইজাতি অমগী গুনগী মর্যাদা অহু মৈতৈ ইতিহাসগী লামায়দা অমাও আতা লৈত্রবা য়ুম্বী অমা ওইহৌগনি মতম কুইনগী তুংদা। ইজাতিনা ইজাতিবু মুংশিবা হায়ব-সিদি য়েক্লবা ওইহনা থরায়মক মাওনগ্রবস্ু অরোয়বা মতমদা অমনা অমবু শোয়দনা মুংশিফম থোকই। অমরোমদা মমানা মচাবু মুংশিবগী হায়রুরবস্ু য়েক্লবা কৈগী মচিন্দগী মচাবু মুনবা হোৎনবদা মপাঙ্গল শোল্লবী শম্বিনা কৈ অহুবু করিস্ু লৈত্রবা ইচম চম্বা হুই হৌদোংগুম্না ইল্লায় লায়না তাম্নহনা রাইবা ওল্মী। মৈতৈ পোকপি ইমা মৈতৈ লৈমনা মৈতৈ মাগী মচাবু কৈদগী হেন্না শাথিরবা ফত্রবা মতম্না চেন্দুনা পুহনা চৎপ্রবদা করম্বা মমানা নোক্তুনা লৈহৌবা, সংসার অসিদা কনাস্ু লৈরম্লোই।

### তবেংশুবা পন্দুপ

## 'তারকপা পিগী মরিক্না'
## জাতি পরেং লেংলি।

লৈপরেং লেংলিবী, মল্লবা য়েন্দায় অমদা তাঙনা ফ লগা লৈগুম্না য়াম্না চেকশিন্না হাপ্লহনা মমুঙ অতুদগী মখল মথেল নাইনা তপ্না তপ্না লৌথংলহনা পুক্নগী আশা য়াম্না কাঙ্গনা খোনজেনদি পিক্না, কপ্ল কপ্লহনা লৈপরেং লেংলি। মাতৃ মন্দিরগী মনাক্তা তুমিন্না নথস্তা ফমহনা মরক মরক্তা লৈপরেং লেংলম্বা থাদোক্কনা মল্লবা মৈতৈ সাহিত্যগী যেন্দাই অতু কোন্দনা য়েন্দাইদা লৈ নংবু নিঙবা থুংনা হাপ্পা ঙমদ্রে হাযতুনা অমুকস্থ কপ্লবা করিগীনো? নপুক্নিঙগী আশা থুংদ্রবী নহাক্না অতুক তাঙনা ফ লবা লৈগী পরেং অতু চেকশিন্না লে হুনা করম্বা মযমদা শিন্নরমগে খন্দুনা লেংলিবা লৈগী পরেংনো নত্রগা কবম্বা নিংজবা আশা অমগী মকমদা থরাই কথোকপগুম্না লেংলিবা লৈগী পরেং অতু কথেক্লমগে হায়না অতুক নিঙথীনা লেংলিবনো? করিগুম্বা লৈতবা ইচম চম্বা লৈপরেংগুম্না, মৈতৈ সমাজনা থন্দোক্লরবা, লিক্লাং চোইনা তাবগুম্না মচোই মচোই তারবা, লৈগী পরেং আস ঐহাক্না য়াম্না পুক্নিঙ চংনা লেংলিবনি অতৈ অতোপ্পা লৈ নত্তে, মৈতৈ জাতি পরেংনী। পুন্সিগী মক্তুবা রাথলগী ঐগী পুক্নিঙগী লমজিং অমনা লৈগী পরে অসি লেংলি, লৈগী পরেং অসিনা মাতৃ মন্দিরগী অকোয়বদা কোয়শিনজগে হায়বগী

আশাগী কল্লবা ঐগী থৌরাংনী, অত্তোপ্পা আশা অমনা, মৈতৈ জাতিগী ইচিল ইনাও পুন্নমকপু পোকপিহল্লা শক্তে কপিবগী সুংশিববী • মৈতৈ পোকপী, পলেমগী ভকশমক্তা হুকপিষু হাথন কুন্নাগুম্বা মৈতৈ ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যগী সেবাদা পুরিগু লুপ্পুনা সাহিত্য দর্শন ফংলিবা অথোববা ভক্তশিং অত্তুগী মফম্দা শিন্নজরমগে হায়বগী থৌরাংনি। মতৌ অসুম তৌহনা মৈতৈ ধর্ম্মগী লুববা আশ্রয় অমদা থোৎনা মৌনা ফজরগী মৈতৈ চহু অমনা মৈতৈ সাহিত্যগী য়েন্দাই মহুভদগী লৈরাংশিং অহু লৌখৎলহুনা জাতিপরেং লেংলি, অহুম্বা মনাক অহুরাইদা লেপ্লিবা শাবী শানৌ মমান্নবশিং অহুনা য়েংলগা সুংশিববা ৱাহৈনা মমিত্তা ইরা চেল্লহনা তরাম তরাম্না কৌশিল্লি "হে স্বদেশ প্রেম্মিক, সুংশিববা মকপ্লোং, চচশিনবিবকউ মতমগী কল্লবা সুংশিংনা হুমদোকুনা চাহথাইরবা শীতুেল লৈরাংশিং অসি থুনগত্তুনা, থদংলবা লৈগী পরেং অসি অমুক হল্লা শমজিনলদা লাইবক থীরবা ঐহাকী ইত্তেং পাংবিযু।" লৈপবেং অহু মথুত্তা পাইথৎলহুনা হায়রকই, ফজৈনকো জাতিপবেং, কবম্বা লৈবাক্তা যাওবিগবা অসুক নিঙথীবা পবেং অদে, কুমগী মতম ওইরকপদা হনিবল য়াওশং মৈথাবদ। শাবী শানৌশিংনা থুজেং পালোইমহুনা পম্লোগী গুমাঙ মথৌবুং বৃন্দাবানী মখোঙদা শৈতেক শৈদা মাম্না মৈতৈগী মিরবা খোঞ্জেম্না থাবলগী মতা ফবদা মপুগী সেবা ফজবা কাউবা ভমদে হৌথিবশিংহু। চংশিনবিবকউ ভসি ইজাতিবু সুংশিবিরবদি ধর্ম্মনা লমজিং ওইহুনা লৈগী পবেং লেংখিদী। চংশিনবিরকউ, জাতিগী সুংশিরবা লৈগী লৈনম্না মৈতৈগী লু-তোংদা অমদি শিংলিদা

ঈ ওইনা চেনবদা য়াওগ্রবা অহুগুম্নবা ইজাতিগী মমল য়াম্লবা পুজিবা ফজ্রবা হু থক্কুনা মৈতৈ জাতিবু কাউগ্রবোই। মুংশিন্নবী শানৌ ইতারোই অমদি ইবুঙ ইপুওয়া খুদিংমক মৈতৈগী হৈরাঙ নিঙথীবা চামিম্নসি, মুংশি নাপদা জাতিগী নাচোম চিন্নখো। "তাইবং পামেলগী রাংচাউরবা মনাপুংবা উশা খুদিংদা চেক্লা শঙ্গু তিন্দুনা মপুগী মতিক মগুন শোনবগুম্না নৌনা হৌরক্লিবা-শাবী শানৌ পুম্না মৈতৈ পামেল অচৌবা ইজাতিগী লৈকোন্দা হৌজবা পামেল মাগী উনা পুলবা উশাদা তোংমিন্নহুনা মপুগী কোলোয় শকথীসি অমসুং তৎন থানবা লৈতনা মপোক মপোক খুদিংদা জাতিগী মক্তুবা লৈগী পরেংনা পুন্সিগী লৈপুন ওইহনা থম্মোয়গা থম্মোয়গা পুন্নসি।" ইজাতিগী অশেঙবা শীঙেল লৈরাং চিন্দুনা হৈরাঙ নিঙথীবা চাহুনা অমসুং লুববা লাইজা থক্কুনা পুক্নিঙ হকচাং শেংদোক্কুনা শেংলবা থম্মোযনা মনিপুব সনা লৈবাক্তা ইমা মৈতৈ লৈমগী মতম কুইনা সেবা তৌমিন্নথীশি। রাহৈশিং অসি তাবদা মনাক্তা লেপ্পুনা লৈরিবা শাবী শানৌশিং ময়াম অহুনা চংশিল্লক্কুনা হায়রকই চান্নবী মৈতৈ চনু শেংলবী ইজাতিগী ধৰ্ম্ম ঙাক্লিবী, থম্মোয় অসি পুবা য়াত্রেনে মতমগী অঙাওবা মুংশিৎ অমনা পুকবনা ঐখোয় পুন্নমক মতম কুইনা লম্মুক্লরে, নহাক্পুম্বা অমা থেংনকবা নোংদম্বা লাইগী খুজিন্না মপুগী শেংলবা লম্বী তাকাপিহুনা ঙসিদি অরান খুভম ফংজরে। মনিপুর সনা লৈবাক্তী লাইনিংথৌনা খুন্দাবা চিঙঙু ইবুঙো মহাদেবনা কোনবা লম, পোইরৈ হাওরৈপাক্লা পম্থিংবা, উদয়গিড়ি চিংদোন্দা মুমিৎ কৌবা লাইনা তাইবং মালেম অপুম্বা মঙাল পাঙ্গল পীবগুম চীংগী

চীংদোন্দগী ওাল্লকপা মঙাল্লা মালেম ছাৱা শল্লি। তম্পাক্কী লমদমদা খোল্লরাং খোয়শাওনবা উবদা পোল্বী চেক্লা চিলওক্লরি মহৈ মহৈ পাওতম্লরি, তমগী চেক্লানা মতমগী কল্লব নোংলৈ নুংশিৎনা হুম্লকপদা মহুম কায়রহুনা লাক্লা লাক্লা খোংনা তাবদা অচিকপদা চিক্লা চাক্লারিবা চীংলাইনা মথি ফোংলক্কুনা তমদা পাইথবক্লি। অতোপ্পনা লাকচবা য়াদবা লাইনা থাবা লৈবাক্লি। কপ্লগম্ল মৈতৈ মুজা শকহেনবী নিঙথীজরবা লৈরাংগী পরেং লেংলসি জাতিগী নাচোম শেম্লসি। লোইবী চীংদা শাৎপা লৈ, হাওবা মরানয়াইদা পোম্বা লৈগী চরোং, অহুগা লৈমকোন্দা পোম্বা নিংথৌকোন্দা শাৎপা শীঙেল নাচামগা লৈশক খওনা ইমাগী থুবা থম্বালদা কৎলুবশি, মীৎকী পিনা চামথোক্লবা ইজাতিগী লৈরাংশিং অসিনা পরেং চানা লেংহুনা মনি মন্দিরবু কোয়শীল্লুরশি। চীংগুঙ লাইজা অহ্নবা ঈচেল ঈরৈ কল্লা চম্ববক্কুনা তম্পাক্কী লমদম য়ৌখিহুনা লৈমকোন নিংথৌকোনগী মনাক নকপা মকমদা ভা-থেংহুনা থেক্লা খোয়না চেল্লক্কুনা শ্রীগোবিন্দজীগী মন্দিরবু লাপ্লা দর্শন তৌরম্লগা অশেংবা তীর্থ ওইহুনা লমলেন খোর্দাক্লা তাখ্রি। চেম্ববক্লিবা ঈশিংগী ঈরাওখোলনা অচকপা লমদম কয়া থুগায়-হুনা মনিপুর জাতিগী থৌনাফবশিংগী মথৌনা উৎপগুম্লা অচিকপা মকম পুম্লমক্কা প্রতিধনী তৌখ্রি। অসিতা নত্তনা অত্তোপ অতোপ্লা তুরেল মচাশিংম্লু অমগা অমগা তিম্লহুনা পাকচাউববা লোক্কাক পাৎকী লাইজ ইরোম্লুঙদা হরাও হরাওনা তিনখ্রি। শীঙেল লৈবাংগু শাং-মিম্লরি, পোম্বী চেক্লাগু চিলওক্লবি, "লিংজেল মাল্লবনা ইজাতিগী ইথৌনি হায়বসি কত্রবা মতমগী থৌইনশীল অমনা ঐখোয় পুম্লমক

অকাউবগী লাংদা চিংনবা লৈতনা চংহনবী।" কল্লবা তুব্রেলগী ঈথিল ঈরৈ সমুদ্রনা থিংবা গুম্মী হায়বগুম অমদি অকনবা নোংলৈ নুশিংকী পাঙ্গল চীংনা থৎপা গুম্মী হায়বগুম্না মনিপুর লমদমগী অকোয়বদা লৈরিবা চীংশাং পরেংনা মপানগী খুদোংশিবা কয়া থৎকে মতাগুম — খুংসম্নগী মতৌগুম্না লিজেল মান্নবা নৈকগাক থিংখ্রি, "মতৌ অসিগুম্না সমুদ্রগী মশক ওইরবা ইজাতিগী সমাজনা মপালগী কল্লবা ঈথিল-ঈরৈ কয়াবু থিংবদা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌনি।" মহৌশা কৌবা লাইরেম্বীনা শেম্বা খুৎশেমদগী থোইনা কায়নবা উদে মহৈ মহৈ হন্নাও হন্নাওনা লৈমিন্নবগুম তৌবি, তাইবংপানবগী মপোক্তা করিগীদমক্তা অমগা অমগা য়েংথীনতুনা অস্তুক ন্নাববা মপোক অমা ওইথ্রিবনো চানবিয়ু হে প্রভু ইমা ইচা হচিল হনাও, ইজাতিগী লৈজরিবা মহৌশাগী পুম্নমক কায়দনা মপোক মপোক খুদিংদা চোইথোকপা লৈতনা পুম্না লৈমিন্নজবা অমসুং অঙাওবা নচ শিংবু কৌশিনবিয়ুনা নিঙবা কায়রবী ইমাদা শিন্নবিরম্মু।



৮শুবা পন্দুপ

## ইজাতিগী অথোয়বা ধর্ম্মদি,
## জগৎকী লংলবা নুমিৎনি,

অরেপ্পা, পনথুংফম লৈত্রবা মতম, নহাক্কী ঈচেলদা মীওইবগী পুন্সিগুম নহাক্কা লোয়ননা অরেপ্পা লৈতনা তাউথরী তৌইগুম্বমুং মীওইবগী মপোক্তি পোকপা অমসুং শিবা নাইবনা অরেম্বদা লৌনম্বগী আশা কয়া নিঙখায়তুনা করিগুম্বা অমতা ওইদহুনা মতম, নহাক্কা মশম পায়হুনা চিংহুনা পুখিবদা কনাগুম খিংবা ঙমখিদে। অঙাং ওইরিঙৈদা মতমগী ঈচেন্দা কয়া কয়া তাউশহুনা মাংখ্রি, পিক্রি-ঙৈদগী অহল ওইরহুনা মপুন্সি লোয়রবা ফাওবা শা-শনগুম্মা অমদি অঙাওবগুম্মা মতমগী ঈচেলদা অরাঙবা চীংমুং মানুংদগী মুংহুম ওম্থরকপদোনা মফম মরাং থঙদনা থরো থরো ওম্থরক্লুনা মথন মথম্বা থেংজন্দুনা পুমতোই তোইনা মা জখিবসু য়াওরি। "পোকপা শিবা নাইত্রবা অমাদি লোইবা থম্বসু লৈত্রবা মতমগী ঈচেল মমুঙদা তাউথহুনতা লৈরিবা মীওংবগী পুন্সিগুম যুগ যুগ থুদিংদা ওইরম্বা মীরোল কয়া কয়াগী ধর্ম্ম, সাহিত্য জাতি জাতি অহুগী হৌখিবা পুন্সিগী রারি পুরায়চিংবা পুন্নমকশিং অহু যুগ কয়াগী তুংদা মীরোল কয়াগী তুংদা থুপ্তুনা লৈরম্বদগী পুথোকরক্লুনা জ্ঞান তাররকবা মতমদা মমুবদগী ঙাম্থোরকপা মুমিৎকী মঙাম্মা জগৎ সংসার অসি ঙানবগুম্মা ইজাতিগী ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যনা সংসার অসি মুমিৎকুম্মা তরং তরং ঙাম্থোকরকই। খুদোংথীরবা অহিঙগী

অমম্বদা রাখল থোক্কনা অ্যান মাঙবগুম রাখল ফজ্রবা, করিগুম্বা অফবা রাখল অমতা খনবা ওমত্রবা মীওইবগী পুন্সিদি থুদোং মান্না থীগ্রবা অমম্বা লাংগী মশক্কি। অফবা রাখল খন্দুনা মীওইবনা মজ তিগী ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যগী অচুম্বা লম্বীদা চত্নুনা কাতু-কাবম তৌদনা হিংনববা পুন্সি লেন্নৈ। হায়নবসি মমিৎ তাঙলক্লগী উরকপগুম্বনি। ঈশ্বরনা শেম্বা মপোক্পা মপু মাগী থুংসেমদা তেংশ্বা তোপ্পা শেম্নমই অমগা অমগা তিন্নহনদে অতুগুম্না ইশাগী জাতি, ধর্ম্ম অমসু সাহিত্যশু অমগা অমগা তিন্নশিন্দনা পাম্বী অমভন্না শাংহনবা অমসুং মতুবু অপুম্বা জাতি অতুগী অমতা ওইবা জাতিগী লৈপুন না.চাম শেম্বা হায়বসি হু চেনবা তিদাক মখল অমা শেম্বগুম্বনি। মনম্না লৈকাহ শাংখিবা মশক্না লাং ওইদুনা থাক-খীবা মৈতৈ ধর্ম্মগী ফজবনা অতোপ্পা জাতিশিংগী লাং ওইখীবনা অমসুং মুংশিরবা মনম্না ভারত শাংখীবনা অরেম্বদা মাঙখীগদৌবা পামুইদকো লৈপুংশি হায়না খল্লুবদা ইজাতিগী শেংলবা লৈগী পরেংবু মসুং মতম চাদনা মাঙখীগনি খন্দুনা মতম চানা শীঙেল লৈরাংগী নিঙথীজববা ধর্ম্মগী লৈরাং পরেং লেংলিবী মৈতৈ মুজা শকহেনবী শীঙেল লৈরাং পরেংলেংবগুম্না খুংকাখুংকা শন্নহুনা কি-জীগা ফিজীগা কিশি কিনহুনা পুন্সিগী কায়নদবগী লম্বীদা চত্নুনা মপু মাগী থৌজালগী সংসারদা চংহুনা অশেঙবা ধর্ম্মনা লৈশি লৈথোক্লুরশী। মতমগী কন্নবা ইচেলনা থুগাইহুনা মথং মথং নিঙ-থায়বা মখোঙ মরা চেত্তবা অনৌবা মন্দিরবু থাদোক্কুনা মহৌশাগী নিঙথায়বা ওমত্রবা মুঙগী মন্দির অসি ফজনা শেমজিন-শাজিন্দুনা মতম

কুইনা খাদোক্কুনা চৎশ্রবা ইমা মৈতৈ লৈমবু অমুক হন্না লেং-শিনবিননবা ইজাতিগী য়াশক্কা লোয়ননা ইমাগী লৈকম থিকশি, ধুপ থাউমৈ থাঙজুনা ইজাতিগী চৎনবী আরতি কৎলশি, মন্দিরগী অকোয়বদা মৈতৈ ইতিহাসগী শীঙেল লৈরাংগী চারনা মপুংফানা লিংলশি পুন্সিগী অরাংপা লৈতনা অনৌ অনৌবা য়েন্নীং হুন্দুনা মথল মথেল নাইনা লৈরাং মপৈ মপৈ শাৎলসনু। মনি মন্দিরগী অকোয়বদা হৌরিবা মনা মশা পূডলবা উশা থক্কা তোংহুনা চেক্লাগী মুংশিরবা খোঞ্জেল্লা মপূগী কোলোয় শকপগুম ধর্ম্মগী মাল্লবা খোঞ্জেল্লা পুন্সিগী য়াইকাযরোল শক্লশি। কুমগী হৌরকপা নোংমা মায়কৈ শীন্না তাবক্কুনা মালেম থক্কা হৈথরকপগুম থম্মোইগী মনুঙদগী হৌরকপা রাথলগী নোংহৌনা জাতি মন্দিবগী অকোযবদা অরেপ্পা লৈতনা হৈথরশি। পিক্লবা তন্দলগী মঙাল্লা অপুনবা মঙাল পিহুনা অমম্বগী শকক কোকহনবগুম পিক্লবা মৈতৈ ধর্ম্মগী ঈংনা কক্করবা অপুনবা মঙাল অসিনা মল্লবা সংসারগী খোঙথাংকম খঙত্রবা লম্বীদা অচুম্বা জাতিগী লম্বী পিহৌরসি। ডাকুনচিংবা মী হাৎপগী মপৈনা থল্লবা মপূ পান্দ্রবা লৈবাক্কা হিংননবগী খুৎলাযদি ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যনা খুৎলাই ওইহুনা পিক্লবা মঙাল অসিগী লম্বী মতুং ইন্না তপ্পা তপ্পা চঙশিনখীশি। মতৌ অসুম তৌহুনা লেংত্রবা তাইবংপানবগী মনুঙদা ইজাতিগী ওইজরবা তক তরুরবা লম্বী অমা থনম্বনা মীওইনা পোকপগী মহৈ য়াল্লবা মপোক ওই। মীওইবগী মপোক্তি মুংঙাইবা নত্তে অরাবনি। অরাবা অসিবু লাম্থোক্কুনা নুংঙাইবা মপোক অমা ওইগে হায়রবদি মীনম্বা

থাদোক্লুনা অচুম্বা ধর্ম্মগী চাউরবা সংসার অসিদা মপোক খীনা পোকপা ওইরবস্তু অফবা রাখলতা খন্দুনা ইশা ইশাবু থাজহুনা অমদি ইশাগী অবানবা কয়া ইশামক্তা চুমথোকচহনা অচুম্বা লম্বী থিবা হায়বসিনা স্বর্গ ফংবগী মুংঙাইরবা মপোক্কি হায়না লৌবা য়াই। অসিগুম্ববা লম্বী অসিদা চপ মান্নবা চৎপা ওম্ববদি য়েক্নবা লৈত্রবা ইজাতিগী তোপ তোপ্পা সংসার অমা ওই অমস্তুং অহু-গুম্ববা সংসার অহুস্তু অশেঙবা ফংঙমদ্রবা লাইরৈবাক অমা ওই। "ফজরবা গুন্তনা লৈতেংলবা অচুম্বগী রাখন্তনা চুশিল্লবা মীওইবগী থম্মোইদ আমৃতনা থল্লবা মপোক্ক।" মীনমহুনা পুন্সি লেনবা অমদি ফত্রবা রাখলতনা হিংচাবগী মতৌগুম্না মপুন্সি চুপ্পা। মহা-পাপকী মপৈনা তিল্লবা অরাবগী পোৎলুম্না মকোক থক্তা নন্দনা নোরোক্কী লম্বীদা মথন্তা কুমথজখা। ধর্ম্ম অমস্তুং মজাতিগী সাহিত্য পুরান্নচিংবা বেদগী খেৎপা য়াত্রবা সংসার অসিদা পাপ তৌহনা ঈশ্বরগী মকমদা লংজরবা মীহুগী মপোক্কি শোক্ক-পন্নবা য়াত্রবা শাথিগ্রবা হুগী মশক্কি। অসিগুম্ববা হু অসি থক্লুবদগী ইজাতিগী মমুঙদা কাওবু কয়া কয়া অশিবগী মতৌগুম্না নীঙ-থীজনা তুমহুনা পুন্সিগী মুঙাইরবা অরোয়বা য়াহিপ তাল্ল। থিন্দন্নিংঙাই ওইরবা মাওইবগী মপোক্কি শরৎ ঋতুগী মেঙলবা থাগী ঈংলবা মঙালগুম্বনি, মঙাল অহুনা জাতি অহুগী ধর্ম্ম অমস্তুং সাহিত্যগী সংসাবদা মুংশিরবা মঙাল অহুনা ঈংনা মপুং ফানা ঙানহুনা লৈহৌই ঈংনা মনম মুংশিরবা থাবৈগ্রে, শিঙ্গারৈগী মনম-গুম্না মুংশিরবা গুনগী মনম্না সাহিত্যগী য়ুমথোং থুদিংদা তপ্পা

হন্নকপা মশন্না হুংশিংনা রাথল চাউখা মজাতিবু নিংবা মীওইবগী থম্মোইদা লৈনমতনা শেংদোকই অমসুং পুক্লিংগী নোংইন চেল্লানা খাবলগী ঈপোমহন্দ্রা রাথলগী আমৃত চুপ্লি।

---

মাপল শুখা পন্দুপ
ধর্ম্মগী লানফমদা
সত্যগী রাশক

লানফমগী মশক ওইরবা সংসার অসিদা মীওইনা পোক্লিবা-শিংনা অকিবা লৈতনা রাশক চেংপগা লোয়ননা সত্যগী লম্বীদা চংশিন্দুনা ধর্ম্মগী লানফমদা লেপ্পা তাই। অরাপ্পা অমসুং অনকপদা লৈরিবা ঐগী ঐগী ওইরিবা ইচিল ইনাও, ইমা ইচা, শাগৈ নাতৈ অমসুং মরি থোকপনচিংবা মৈতৈ জাতি পুন্নমক ইজাতিগী ধর্ম্মনা থৌরবা থুংলাই ওইহনা থম্মোইদা রাশক চেংনা থমহনা মায়কৈ অমদা লেপকনি। সনাগী লিক্লাং পরেংদগী হেন্না ফজরবা অমদি মঙ্গল য়ামথ্রবা মৈতৈ সাহিত্যগী মনি মন্দির মন্থুডদা ইমা মৈতৈ লৈমগী খুরাখাদগী ইজাতিগী নিংথীবা লৈগী পরেং লোথোক্নুনা

মৈতৈ জাতিগী ওকশঙদা ছুরুগা ইমগী খুয়াগী উকুলনা জাতিগী লাইবক্তা নমহুনা ইমাগী দর্শন লৌরগ্যা পুন্সিগী অকনবা লানফমদা চংশিনগনি। অকনবা নোংথৈ মুংশিংকা লোয়নহুনা হৌরক্লিবা ইন্ডাগী নোংনা মালেম শীন্না চাইথরকপগুম, অচুম্বা ধর্মগী জয় পরাজয়গী জাতিগী খোল্লাওনা মৈতৈ সাহিত্যগী পাক-চাউরবা সংসার অসিদা হৈথরসি মায়গৈ শীনবা থুংনা। "অকনবা লানফম ময়াঙীদা য়েক্নবা মাঙীয়োক্নবদা মাঙী ওন্দুনা চেল্লকুবা মৈতৈ জাতিনা ধর্মবু মাঙীথীবা পীহুনা, অকিবনা পামজবা শকুনা লানফমদগী মাঙী ওনহুনা চেনথ্রবা হায়বসিদি মৈতৈ ইজাতিগী অশেঙবা ঈ, নত্তে" মৈতৈ ধর্মনা য়াত্রবা অতোপ্পা মপোক্নি। কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা শ্রীকৃষ্ণ, আর্জ্জুন মপু মনাই অনি বাতান্নবগুম মৈতৈ ধর্ম অমসুং সাহিত্যগী য়াফমদা নৈনগদবা অকনবা মতম্নি। মহাভারত পুরানগী মমুঙদা ধর্ম কায়জত্রবা মচিন মনাও মঙাগী মীচঙদা জগৎকী মপু ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণনা লেপ্পগুম ঈশ্বরগী মশক ওইরবা ধর্মা অমসুং সাহিত্যগী মশক মখা ওল্লকপা। কলি যুগকী অকনবা লানফমদা ধর্মা অমসুং সাহিত্যবু থাজরবা মজাতিগী লাম্মীগী মীচঙদা অহুগুম্নবা ঈশ্বরসু জাতি অহুগী মীচঙদা লেংদনা লৈগনি। মতমগী তাপ্পানা য়াখীদবনা অতোপ্পা মীচঙদা য়াওথ্রবসু ভীষ্মা দ্রোণা ধর্ম কায়জত্রবা মনাই আর্জ্জুনগী পাঙল পীবীবী অমসুং লায়রবী রারবী মমা কুনটিবু লুনা তৌজরবী মঙানা জগৎ দ্বিগবিজয় তৌখি হায়বসি মহাভারতকী য়াকম্নি অহুগা মতম পুন্নমক্তা কত্রবা য়াথন্দা জয় লৌগে থৌরাংলিবা কুরু শাগৈ

তুম্না মাংখীবা মতম 'তুগী লৈবাক অতুগী রাজনিতি অছু চহি কয়া অমসুং মীয়োল কয়া কয়াগী তুংদা মীওইবা পুন্সিগী অক কত্তবগী রাখলগী লমজিং ওইহৌই। "লৈত লায়রবনা থবং তংলবসু জাতিগী সনমানদি কদৌভৈদসু মাঙচল্লোইদৌবনি হায়বসি মীওইবগী অকনবা পুন্সি লানফমদা মীওইবনা উৎকদবদি মসিতনী"। মফম অমসুং মতমগী চেম্বরক্লিবা খোঙলৈ মতুং ইম্না লৈবাকী রাজনিতিগী ফিভমদা মীথা পোল্লবসু ইজাতি অতুগী ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্য চিঙ্গাক্রচিংবদি অতোপ্পা জাতি অমগী মীথা থক পোল্লোইদৌবনি। মায়কৈ পুম্নমক্তা জাতি অয়াম্বা মশা মশাগী মান মার্যদা ভাক্লা শিববু লৈগী দোলাইনি থন্দুনা কাংবু কাংবু হৌনতুনা মাইগৈ অমা নত্রগা অমরোমদা অমতা ওইবা লমজিংদা ধর্ম্মগী লানফমদা রাশক্কী খুংলাই থাওয়তুনা মতসু তাল্লুম্রে মহৈ মহৈ তুমিন তুমিন্না। লায়ররবী ইমা লৈবাক মনিপুর, থম্মোইদা চেংনা থাগোক্লবা নচাশিংগী ধর্ম্মগী অচুম্বা খুংলাই পীবীতুনা লানফমদা চোংথোক্লবা নচাশিংগী পুক্লিঙ পাঙ্গল অমদি লৌশিংগী মৈয়া থানবীতুনা মচোই মচোই তারবা মৈতৈবু লমজিংবীয়ু ধর্ম্ম অমসুং জাতিগী লানফমদা জাতিগী অমসুং মৈতৈ ধর্ম্মগী লিচং শাজত্তা চিংনবা লৈতনা চেম্বরক্লিবা সাহিত্যগী ঈচেল মন্নুংদা ওংনৈতুনা নৈথায়রবা অতোপ্পা ঈচেল অমা হেক ওনশ্রবদি করিগুম্বা, মৈতৈগী মিংচৎ মাংগ্রগনি মতমগী মন্নুংদা থঙহোদনা। হেঃ স্বদেশ প্রেমিক ইচিল ইনাওশা পিকগ্রবা মৈতৈ জাতিনা মশাগী গুণ অমসুং মথৌনাতনা ভারতকী মন্নুঙদা পিক্লা লৈজবা মনিপুর

সনা লৈবাক ওইহনস্ত শিংথাবা যাবা জাতিগী মহুওনা মৈতৈগী অমত্তা ওাইজবা ধর্ম্মবু থজংলবা লৈগী পরেংগুম অরেম্বদা মাও-হনহুনা অপওবা লায়ীশিংগী মথ্রাইনা লানকমদা চাইথায়হনা মাং-থীবগুম মাওহনগনু'স মৈতৈগী পুন্সি, রাশক চেৎপগা লোয়ননা ধর্ম্মগী লানকমদা খোঙকম অমা ফাওবা লে'দনা ইমাগী লমল শি লশি মীরোল কয়াগী স্বর্গগী কৈরাক থাহৌশী।

---

তবাগুবা পন্দুপ

## ধর্ম্মগী পূক্তিওদ

## ইজাতিগী ফিরেপ।

মতম্না নোংমা নো মগী হৌখীহনা অসুম অসুম লোইশিল্লকপা মীওইবগী পুন্সিগুম, মীরোল কোটি কয়াগী অমসুং যুগ কয়া কয়াগী ডুংদা লৈহৌদোবা ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্য পুরান, বেদনচিবা মথল কয়ামরুম মথং মথং লোইশিনবা ঙমহৌদনা ইজাতিগী তৌগদোবা থবক্তুস্ন কবিগুম্বা অমতা নংহৌরয়োই। নিংথীনা থাবনা ইজাতিগী পুন্সিগী শম্বল নমথেক্তুনা চংশিল্লকবা অতোপ্পা জাতিনা পাক চাউরবা

মৈতৈ সমাজ অসি অতিয়াদা নোংগী মপৈনা কুপ্পুনা থমখিবগুম পুম্নমক মমশিনখ্রে। থাঙনদা কল্লবা মীওইবগী পুন্সিগী খোংথাঙদা মৈথায় থিঙ্গাইবগী মপৈনা থল্লবস্থু জাতি অসিগী সাহিত্যগী সংসারদা ধর্ম্মগী উপাসনা লেংদনা হৌহনবা হায়বা'সি মীওইবগী পুন্সি অসি মপাল মরা চেংপা জাতি অমনি হায়না থৌনৈ। হৌখী হৌখীব মীরোল কয়াগী অকল অথৌশিংগী সাহিত্যগী ঈচেলদা জাতি অদুগী ধর্ম্ম অ মস্তং মশক ফনা চেংপা কাংলুপ ওইহুনস্ত হৌরক্লবা তুংগী মীরোলশিংনা থওইজবদা জাতি অদুগী সাহিত্য অদু নোংমা নোংমগী অমাঙবা ওইরকই। "মপাঙ্গল কল্লবা মগুন য়াম্না লৈরবা লাইগুম্বা মী ওইহুনস্থু জাতি অদুগী সমাজগী মমল য়াম্লবা মপুন্সি অদু অমতা ওইনা থুহুম চনশিনবা ঙমজবদি অদুগুম্বা মীওইবগী মপোক অদুদি লাই নত্তে জাতি অদুগী সমাজগী সংসার অদু মরু ফংনা মাংহনগে হায়না খোরক্লবা হিংচাবনি।" মাহাকাব্য রামায়নগী মনুংদস্থু রাবন নিংথৌনা সিতাবু হুহুনা পুখীবনা প্রভু রামচন্দ্র সিতা অমস্তং মনাও মুপা লক্ষমনগী পুন্সি অদু মচেৎ মচেৎ ওইনা তাহনখীবা অদুনি। মৈতৈগী খম্বা থোইবীগী ৱারিদস্থু নোংবান্না খম্ববু য়াব মথৈ ওৎ-নৈহুনা মরু ফংনা মাঙননবা থৌরাংখিবা অদুনি। মরম অদুনা ফজবা মীওই-বগী মপোক্কী ধর্ম্ম অমস্তং রাজনিতিদি নোরোক্কী সংসার অমা শেম্বনি; সংসার অদুগী মনুংদা হিংহুনা লৈরিবা তাইবংপানবগী মপোক্তি মফম অদুদগী কাথৎপা ঙমদহুনা মপুন্সি চুপ্পা রাহুনতা লৈ। "পাপ তৌহুনা হিংলিবা মীওইবগী আশাগী লম্বীদি খোঙ্গুল তাজবা তিংথঙগী লম্বীদা তমথীবা লমলক্কী শানা চংপগুম্বনি।" শানা শিবনা খোঙ্গুন্দা,

মীনা শিবনা চিন্দা হায়বা মৈতৈ পাঙ্গৌ শোয়দবনি। ফত্তবা য়াখল্লা মী,হুগী শাজং ওইহনা মহুন্ন মহাক মহাক্কী দমজিং ওইহনা মথন মথন্তা লায়না মাঙহনজে। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদবগুম মীওইবনা মথক্তা চুখৎচবা থৈনা চাক্তুনা মশাগী মপুন্সি অহু মথন্না তুমহনজখী। মরম অহুনা তাইবংপানবগী মন্নুঙদা মীওইনা পোকপা জাতি কাংলুপ অমনা মজাতিগী ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যগী গুন অহু ঙাক্না চৎত্রবাদ মশাগী ধর্ম্মবু মশানা মাঙহল্লতুনা সমাজ জাতি অহু মরুকংনা তুম্মনবা শীন্দুনা মীবোল কয়া কয়াগী মতুংদা ফাওবা শেমগৎ-শাগৎপা য়াদবামথৈ মাঙহল্লএগী মরম ওই। মতমগী কল্লবা মৈশানা চাকপদা পথববা হৈবাং, লৈরাংগী পাম্বীনা অনৌবা লিক্লা তারগা অমুক হন্না ইনৌ নৌনা মনা মশা তেকথৎলকপগুম মৈতৈ ইজাতি অসি মতম অমদা অঙ্গবা হুংশিং হুম্লক্তুনা ঈংলবা লিক্লা তারক্লগা মনা মশা পুন্নমক ইনৌ নৌনা অমুক হন্না তেকথৎলকপা ওইরসন্নু। ধর্ম্মগী আশ্রমদা লাই নিঙহুন। মপুগী য়াথং ঙাক্না চৎলিবা মৈতৈনা করিগুম্বদসু মায়থীবা ফংহুনা মৈতৈনা মীথা পোন্দুনা লৈগদৌবগী শরুক্তা য়েক্লবগী মারোক্তা থরাই থাদোকপা। অম্বা অহুগুম্নবা লাইগী অশেঙবা মচানী। লূরবা লাইজা ঈপাক্তা লংলবা ঈথক্লা ঈপোম হৌবগুম "পুন্সিগী লূরবা মৈতৈ জাতিগী থম্মোয় ঈপাক্তা ধর্ম্মগী লংলবা ঈপোম্মা ঈহৌবদী জগৎকী মীৎয়েংফম ওইরিবা শংবান্নরবা অতিয়াদা থরানমিচাক্ল ঈথক হৌবগুমই।" ভক্তিগী চন্দন্না খিক্লবা মৈতৈ জাতিগী থম্মোয়দা চেন্থরিবা শেংলবা ইজাতিগী ঈচেল অসিনা মাইগৈ শীনবা থুংনা চেনখীহনা পুন্সিগী মক্তুবা অমত্তা ওইবা ঈপাক্তা

তিনবা ওইরসনু। শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাননা জগৎকী মঙ্গল ওইরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মকুন্দনা য়াওহনগে হায়রগা পূজা কৌবী হিংচাবিনা আমুত লোয়াং ইরগে থৌয়াংখিবা কত্রবা রাথলগী মপুন্সি অহু মথন্তা চাকখেক্তনা শিজখিবা অতুগুম্বা কত্রবা মতমগী লমজিংনা নাগুথেম্নিবা-শিংনা মথন্তা খাঙজখিবা য়াই। ধর্ম অমস্তুং জাতিগী হুংশিনবগী ইতিহাসগী ঈচেলদা, অস্তং অথম লৈতনা অসুম চেষ্টখিছনা, পাক চাউরবা ভারত মহাসাগরগা অমত্তা ওইনা তিন্নরসনু। মালয় পর্বতগী তম্না হয়কপা হুংশিংকী ঈপোয়না, মতমগী ভোর্বান থক্তা মখল মখেল নাইনা হৌরিবা শীঙ্জেন লৈরাংশিংগী হুংশিরবা লৈগী লৈনম পুন্থনা, পাক চাউরবা ভারত সম্রাজ্যগী কাটিন কোয়া য়োনা হুমগ্রসনু, মচুনা ভারতবাশিশিংগী থম্মোয়দা কোক্তুবা মচুনা শঙাজিন-খিবগুম্না হুংশিঙা জাতিগী লৈনম্না অমগা অমগা হুংশিনবগী থম্মোয় মঙ্গলদা কোক্তুরবা লৈনম্না চঞ্চোক্তুনা মনিপুরগী ইতিহাসতা কুন্থী কালেন নাইদনা, শাৎপা শীঙ্জেল লৈরাংগী কংওমত্রবা চারবু থিহৌ-রসনু মনিপুর লমদমদা।

ভক্তিগী চন্দনা থীকচবা
জাতি পরেং কৌজবা,
লৈরাং মাবু হেক্তুনা
মতমগী ঈচেল মনুংদা,
লাইরবী মৈতৈ ঈরোয়না,
ইমাগী খুয়া খাতুদা,
মিংকী পিগা লোয়নবা,
মাতৃ তর্পন কচ্চরি।

লোইরবা

শ্রীখুমন্থেম গৌরো সিংহ।
মার্চ্চ, তাং ১৯—১৯৭০ ইং